# ভুমিকা।

মিতৈকুম ৫০৫৪ শুবা, ইং ১৯৫৩ গী কালেন থা অনি পানবদা মলমাসদা মিতৈ লৈপাক পুম্বগী মমক ওইনা প্রজাগী পক্ষদগী তরা-মচা কয়ামুকনা হৌদুনা ভাগ্যবতী—কার্যালয়দা থা অমা চুপ্না সংকীর্তন মহাযজ্ঞ তৌদুনা শ্রীভগবানবু উপাসনা তৌথি। মাদুদা সংকীর্তনদা খুৎলোইনবা হাঙ্গদুনা "সংকীর্তন মহাযজ্ঞ" কৌবা লাইরিক অসি লেংথোকই, অদুগা সংকীর্তন অদুদা লাইরিক মচা অসি দান তৌথি। হুজিক্কি মাদু ফংনদ্রদুনা ঈজাত্তি কনাগুম্বসীংগী পুক্ননিং থুংনবা অমোক হন্না ছাপা তৌদুনা ফোংজিন্‌রিবনি। হন্দক্কী সংস্করণ অসিদা সংকীর্তনদা তাইবংপানবদা মিতৈনা অহানবনি হাঙ্গবা ইতিহাসকী মরমসু য়াওরে, মরু ওইবা বাদি—মিতৈগী ধর্ম্মদি কীর্তনতনা মরু ওইবা ধর্ম্মনি। ধর্ম্ম অসি মীরৈপাক্কগী তম্বা নত্তে, মিতৈগী মহৌশাগীনি। শ্রীভাগবতনা—তৌ হাঙ্গদুনা তাকপা কীর্তন অদুদি মিতৈগী কীর্তন অসিনি, হাঙ্গবা নিংশিংনবগী মমক কীর্তনগী অঙ্গ কয়ামুক্তা তুলনামূলক সমালোচনা তৌরি। বিষয়সীং অদু পাবদা থিবা বাদনবা সূচীপত্রসু হাপলি। সূচীপত্রদা থাবা অঙ্কনা লাবুক মসিংনি; মথংগীনা পরেং মসিংনি, হাঙ্গনা খংনগনি।

মিতৈ-ঙগোইদা ভারত সরকারগী বৃত্তি ফংজবা শ্রীসলাম অচৌ সিংহদা মিতৈ কীর্ত্তনগী উপপত্তি তম্বিবদা লাইরিক অসিগী অনিশুবা সংস্করণ অসি ইতিহাসগী গবেষণাগা লোইননা ফোংবনি। মাসুম তৌদুনা "খোংজোংঙ্গবী নোঙ্গারোন" অমসু "পানথোইবী খোঙ্গুল" সু ফোংগনি। "তুমিৎ কাপ্পা" কৌবগা মিতৈগী প্রাচীন সাহিত্য অহুম অসিনা তুমিৎ, থা ওইদুনা প্রাচীন মিতৈ জাতিগী সাহিত্য-জ্ঞানগী উচ্চ আসনবু তাইবং পুমনমক্তা উসনু, হাঙ্গনা তাইবংপানবগী মপুদা খুরুমজে।

ঐখোইনা প্রাচীন সাহিত্যগী মঙ্গংদা অরিবা সাহিত্য অহুম ফংই,—১ তুমিৎ কাপ্পা, ২ খোংজোংঙ্গবী নোঙ্গারোন অমসু ৩ পানথোইবী খোঙ্গুল অহুম অসিনি। তুমিৎ কাপ্পনা হজিক্কী কালদা পণ্ডিতসীংনা লেপ্নরিবা বেদকালগী সাহিত্যনি, খোংজোংঙ্গবী নোঙ্গারোন্না বেদগী গবাময়মযুগকী সাহিত্যনি অমসু পানথোইবী খোঙ্গুলনা বৌদ্ধযুগকী সাহিত্যনি। মিতৈগী সাহিত্য অহুম অসি পারগা উগনি,— মহাভারততা ব্যাসদেবনা, রামায়ণদা—বাল্মীকিনা হাঙ্গবা ধর্ম্ম পুম্বা মণিপুরদা হান্না পোক্লগা কোন্না লৈপাক অতৈদা সন্দোকথিবনি, হাঙ্গবা অদু সংসংনা উগনি। ঐখোইনা লাইরিক মচা অসিদা "তুমিৎ কাপ্পবু" থজিক্কং লৌথংদুনা উংলি। ইতি—

শ্রীঅজোম্বাপু শর্ম্মা।

কালেন, মিতৈকুম ৫০৬০।

# সূচীপত্র।

ইপা পোকপা ইপুনা মথং মথং তৌরকপা ধর্ম্মদি দোষ লৈতে, অসুম্না মহনা হাঙ্গী ১৯—১৮। ৩৪। শ্রীকৃষ্ণনা ইপা ইপুনা মথং মথং তৌরকপা ধর্ম্ম কাইদনা চৎপনা পামই, হাঙ্গীবা ২০-১ ৩৫। "মিতৈদি কোম্না গৌড়ধর্ম্ম লৌবনি" হাঙ্গীবাবু থণ্ডন তৌদুনা "মিতৈনা চৎপা গৌড়ধর্ম্মদি হান্নবা মিতৈনা চৎপা ধর্ম্মদগী হোংদে" হাঙ্গীনা প্রমাণ তৌবা হৌবা ২০—৭। ৩৬। মিতৈনা ময়াংদা গৌড়ধর্ম্ম সন্দোকপা ২৩—১। ৩৭। পলাশীগী লানফম ২৩—২। ৩৮। পলাশীদা বাঙ্গালীনা রাজশক্তিদা মাইথিবগা লোইননা ভারতপুম্বগী ধর্ম্মনাচিংবা লোইনা মাইথিবগী মরম ২৩—৯। ৩৮। মাসুম তৌদুনা বাঙ্গালাগা লোইনদুনা ভারতপুম্বা ধর্ম্মদা মাইথিরবদা মণিপুরদা ধর্ম্ম চাওথংপা হৌবা ২৪—২৬। ৩৯। মিতৈনা অহানবদা কীর্তন—তৌদুনা মহাদেব দুর্গাবু উপাসনা তৌরম্বা অদু শ্রীরাধাকৃষ্ণগা মশা অমত্তনি, শ্রীকৃষ্ণগী বিলাস কৌবা মশক অদুনি, অসুম্না শ্রীভাগবতনা তাকপা অমসু মাদুগী বিচার হৌবা ২৫—২০। ৪০। ভাগ্যচন্দ্রনা গৌড়দেশদা চৎতুনা গৌড়ীয়ধর্ম্ম অমোক লিঙ্খৎলুবা। ৪১। বৃটিশনা—পান্দুনা ভারতবর্ষদা ভারতধর্ম্ম মুথৎকদোরবদা লাইরিক য়ামনা হৈবা রাজা রামমোহন রায়না চিংবনা ব্রাহ্মধর্ম্ম হৌদোকতুনা ভারতপু ঙাকপা হৌবা ২৮—১৭। ৪২। লাইরিক হৈবতনদি ধর্ম্মবু চান্নবা ঙাকপা ঙমদে, মশাদা সিদ্ধ ফংলবা লাইরিক্তি হৈতবনসু ভারতপু ঙাকপা ঙমদে, থংনবগীদমক গদাধর চট্টোপাধ্যায় ( রামকৃষ্ণ পরমহংসদেব ) গী জন্ম বৃত্তান্ত হাঙ্গীবা হৌবা ২৯—২৭। ৪৩। লাইরিকসু হৈবা গুরুগী কৃপা ফংলবতনা ধর্ম্ম ঙাকপা ঙমই, হাঙ্গীববু থংনবগী দমক নরেন্দ্রনাথ দত্ত ( স্বামী বিবেকানন্দ) গী জীবন বৃত্তান্ত হাঙ্গীবা হৌবা ৩০—২৪ ৩৫। ভারততা ধর্ম্ম হন্থরগা মণিপুরদনা চাওথংলি, ভারতনা চাওথংলগা মণিপুরদা হনথৈ, অসুম্না তুলনামূলক সমালোচনাদগী ফংবা ঙমই, বিবেকানন্দ স্বামীনা চিকাগোদা আমেরিকা পুম্ববু ধর্ম্মদা জয় তৌবা ৩১—১৯। ৪৪। চিকাগোদা বিবেকানন্দনা বিশ্ব বিজয় বৈজয়ন্তী পাইথিবা কুমদগী মণিপুরগী বিপ্লব হৌবা, লৈপাক কাইবা, ধর্ম্ম হন্থবা হৌবা থংনবা ৩২—২৩ ৪৫। প্রলয়গী সমুদ্রদা লুপত্তুনা লৈথরবা পৃথিবীনা জগৎ সৃষ্টিগী দমক ঈশ্বরদগী হেক ফাউগৎলকপদা কুমিৎনা মণিপুরগী নোংপোকথংবা চাঙদা থোক্লিমই, অসুম্না বেদনা হাঙ্গীবগী অর্থবু বাল্মীকি অমসু ব্যাসনা হাঙ্গীবা ৩৩—৮। ৪৬। রামায়ণনা মণিপুরগী দ্রাঘিমা অমসু অক্ষাংশ তাকপা ৩৩—১৮। ৪৬। 'মণিপুর' মিং অসি পুকতা লৈবা মণিপুরচক্রগী থুদম লৈদুনা—মণিপুর কৌবানি, তাকপা ৩৪—১। ৪৭। মহাভারতনা মণিপুরদা ধর্ম্মসু, বেদসু, লাইসু হান্নবা পোক্লগা কোম্না ব্রহ্মাবর্তনাচিংবা অতৈদা চৎথিবনি, তাকপা ৩৪—১৭। ৪৮। হাঙ্গীথরবা মহাভারতকী রাফম অদু বেদদগী লৌদুনা হাঙ্গীবনি, হাঙ্গীদুনা মূলবেদগী মন্ত্র মরি লৌথুংতুনা তাকপা ৩৬—২২। ৪৯। ভারতবর্ষগী অহানবা লৈপাক্তি মণিপুরনি ৪১—৭। ৫০। ভারততগী মণিপুরনা প্রাচীনওইবা হেল্লি, হাঙ্গীবগী পোৎশকনা প্রমাণ তৌবা ৩৭—২০ ৫১। তাইবংপানবদা লৈবা লাইরিক পুম্বদগী ঋগ্বেদনা কুইবা ইহেন হেনলি, ঋগ্বেদগী উত্তরায়ণ পরিস্থিতিদগী মিতৈগী "কুমিৎ কাপ্পনা" তাকপা উত্তরায়ণ পরিস্থিতিনা কুইবা হেনলি, হাঙ্গীনা পোৎশকনা প্রমাণ তৌবা ৩৭—২৫। ৫২। মণিপুরদা চৎনরকপা লাইরিক ময়েক্কা মিতৈনা ভারতীয় জাতি অতৈদগী কুইবা হেনলে, তাকপা ৩৮—৩। ৫৩। মাসুম তৌদুনা মিতৈনা ভারতবর্ষ পুম্বদগী কুইবা ইহেন হেনলি, মাথোইনা মণিপুর নত্তবদগী ধর্ম্ম তমদে, মণিপুরদগী অতোপ্পা লৈপাক্তা সন্দোকখিবনি, মাথোইগী ধর্ম্মদি সংকীর্তননা লুচিংবনি, হাঙ্গীনা উৎলি, অমসু মিতৈগী ধর্ম্ম, সংস্কৃতি, কৃষ্টি পুম্বনা লীবা ইহেন হেনলি, হাঙ্গীবাবু লাইরিক মচা অসিদা প্রমাণ তৌই।

চিরাশ্রবঃ।

# সঙ্কীর্ত্তন মহাযজ্ঞঃ।

—*—

( কলিগী চহি ৫০৫৪, কালেন অহানবদা মণিপুরদা তৌবা )

কলিদা উপাসনা তৌগদবা ঈশ্বরগী মশক

## শ্রীভাগবতনা তাকপা।

"নানাতন্ত্র বিধানেন কলাবপি তথাশৃণু,
কৃষ্ণবর্ণং ত্বিষাকৃষ্ণং সাঙ্গোপাঙ্গাস্ত্রপার্ষদং।
যজ্ঞৈঃ সংকীর্তনপ্রায়ৈর্যজন্তি হি সুমেধসঃ॥"

ধ্যেয়ং সদা পরিভবঘ্নমভীষ্টদোহং তীর্থাস্পদং শিববিরিঞ্চিনুতং শরণ্যং।
ভৃত্যার্ত্তিহং প্রণতপাল ভবাব্ধিপোতং বন্দে মহাপুরুষ তে চরণারবিন্দং॥
ত্যক্ত্বা সুদুস্ত্যজসুরেপ্সিতরাজ্যলক্ষ্মীং ধর্ম্মিষ্ঠ আর্যবচসা যদগাদরণ্যং।
মায়ামৃগং দয়িতয়েপ্সিতমন্বধাবৎ বন্দে মহাপুরুষ তে চরণারবিন্দং॥

কলিযুগতা বেদনা মরু ওইরগা তন্ত্রগী বিধাননা য়ামনা উপাসনা তৌগনি, মাদুবু তাউ,— মচু মুবা, মঙাল্লা ঙৌবা, অঙ্গ, খুৎলাই অমসু ভক্তগা লোইনবা শ্রীহরিবু মীয়াম তিন্দুনা যন্ত্রনাচিংবগী থোঞ্জেনগা লোইনদুনা চলন, মুদ্রা পুথোকদুনা মহাক্কী গুণ, লীলা মামবু ছকপনা যজ্ঞ হাঙ্গৈবদি পূজাগী পোৎলম ওইদুনা জ্ঞান লৈবা সাধুসীংনা উপাসনা তৌই। মাদুদা শ্রীহরিবু মথাদা ইরিবা বাহৈ অসিনা হাঙ্গৈজগনি,—

হে খুরুমজবাবু ঙাকপীবা! হে নিপা অথোইবগী মশক ওইবা! মতম পুম্বদা নিংনবা ওইবা, তাইবংপানববু কোকহনবা, অনিংবা পুম্বা থুংহনবা, তীর্থগী থোকফম ওইবা, শিব ব্রহ্মানা খুরুম্‌বা ওইবা, চংনফম ওইবা, মনাইগী অবাবা কোকহনবা, তাইবং সমুদ্রবু লান্নবা হি ওইবা, নহাক্কী নথোং থম্বালবু খুরুমজৈ।

হে যুগকী ধর্ম্ম ঙাকপা হে মহাপুরুষ! নহাক্কী নথোং থম্বালবু ঐনা খুরুমজৈ, নহাক্কী নথোং থম্বালনা মীওইবনা থাদোকপা ঙমফদবা নিংথৌ ওইগদববু হুঞ্জেকদুনা নপা ইবুংগো দশরথগী বাশক ঙাকদুনা বনদা লেংলিবনি, অমসুং বন মনুংদা ইবেমা সীতা চান্নবীনা পাম্লবা, মায়া মারিচনা ওইবা সনাগী শজিবু ফানিংদুনা মতুং ইন্দুনা নথোং থম্বাল অদুনা তান্নখিবনি, অদুগুম্বা নথোং থম্বালবু ঐনা খুরুমজৈ।

## মনুংদা জপ তোনবা কলিগী নাম মহামন্ত্রঃ—

হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে।
হরে রাম হরে রাম রাম রাম হরে হরে॥

( ইতি কলিসন্তরণোপানিষৎ )

শ্রীভাগবতনা জপনীয়বু কীর্ত্তন তৌগনু হায়িনা তাকই। শ্রীমন্মহাপ্রভুনা শ্রীভাগবতনা তাকপদা লৌগনি, হায়িবা মরমদগী তারক ব্রহ্মনামবু কীর্ত্তন তৌদে। অমসু কনাগুম্বসীংনা তৌই, মাদুবু যেংদে হায়িবা তৌনদে, হায়েন পুম্বা চাদে, শিষ্টগী আচার ঙাকপত্তানি। স্বামী রামানন্দনা জপনীয় মন্ত্রবু মপান্দা ফোংনা হায়িদোকলুবদগী মন্ত্র অদুগী সিদ্ধি যংবা তোবদি। লাওনা শকহৈদে। মাংক অমসু সিদ্ধকনা লাওনা কীর্ত্তন তৌগদবা নাম মহামন্ত্র,—

প্রভো কৃষ্ণ চৈতন্য গৌরাঙ্গ বিশ্বম্ভর শ্রীসচানন্দন প্রেমসিন্ধো।
হরেকৃষ্ণ গোপাল গোবিন্দনন্দাত্মজ শ্রেষ্ঠগোপীজন প্রাণবন্ধো॥

কাম গায়ত্রী :—

"ক্লীঁ কামদেবায় বিদ্মহে পুষ্পবাণায় ধীমহি তন্নোঽনঙ্গ প্রচোদয়াৎ।"

শ্রীকৃষ্ণমন্ত্র :—

'ক্লীঁ কৃষ্ণায় গোবিন্দায় গোপীজন বল্লভায় স্বাহা।"

শ্রীমন্মহাপ্রভুবু খুরুমবা :—

"যন্নাপ্তঃ কর্ম্মনিষ্ঠৈর্নচসমাধিগতং যৎতপোধ্যানযোগৈর্বৈরাগ্য ত্যাগতত্ত্বস্তুতিভিরপি ন যৎ তর্কিতঞ্চাপি কৈশ্চিৎ। গোবিন্দপ্রেমভাজামপি ন চ কলিতং যদ্রহস্যং স্বয়ং তন্ নাম্নৈব প্রাদুরাসীদবতরতিপরে যত্র তং নৌমি গৌরং॥"

"শ্রীরাধাপ্রাণবন্ধোশ্চরণকমলয়োঃ কেশশেষাদ্যগম্যাঃ,
যা সাধ্যা প্রেমসেবা ব্রজচরিতপরৈর্গাঢ়লৌল্যৈকলভ্যা।
সা স্যাৎ প্রাপ্তা যয়াতাং প্রথয়িতুমধুনা মানসীমস্যসেবাং,
ভাব্যাং রাগান্ধপান্থৈর্ব্রজমনুচরিতং নৈত্যিকং তস্য নৌমি॥"

শ্রীরাধাগী প্রাণবন্ধু শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীচরণারবিন্দবু প্রেমভক্তিগী থোকদা সেবা তৌববু ব্রহ্মা, মহাদেব, অনন্তনাচিংবনা থম্মুদুনমকপু ফংবা ঙমদে। মহাকপুদি ব্রজবাসীজনগী চরিতপু থাজনা তৌবা সাধুসীংতনা ফংই, মাখোই অদুসু যামনা থৌরাংনা তাল্লতদা ফংই। হায়িরিবা অসিগুম্বা প্রেমসেবা অসি ফংজরবা মীনা প্রেমসেবা অসি তৌদুনা রাগানুগা চংপসীংতনা ফংবা শ্রীকৃষ্ণগী চরণদা মানসিক-সেবা তৌবা ফংই। অসিগুম্বা মানসিক

সেবা অদুবু ফোংদোক্লবগী দমক ব্রজ বৃন্দাবনদা অতৎপা চৈতন্য হুমিং খুদিংগী তৌবা শ্রীকৃষ্ণগী লীলাবু ঐনা খুরুমজে ॥১॥

## অষ্টকাল সেবাভজন।

নোংমগী নিপান থোকনা থাইদোক্লগা অমমম্বু হুমৎ থোকপদগীনা প্রাতঃ, পূর্ব্বাহ্ন, মধ্যাহ্ন, অপরাহ্ন, সায়ং, প্রদোষ, মহানিশা অমসু নিশান্ত কৌই। নোংমদা দণ্ড ৬০, নি, মধ্যাহ্ন অমসু মহানিশা মতম অনি অসি দণ্ড ১২। ১২ না ওই। অতৈ মতম তরুক্কি দণ্ড ৬। ৬ না ওই। ভারতবর্ষগী পুঙফমদা মণিপুরবু পুঙ ৫ গা মিনিট ১৫ দা হুমিং থোকই অমসু হুমিং তাই, হান্নগীনা লৌবা য়াই। মাতুগী মতুংইন্না হুমিং থোকপাদগীনা পুঙ ৭ কা মিনিট ৩৯ তাবা ফাউববু প্রাতঃ কৌই। মথংদা পুঙ ১০ গা মিনিট ৩ তাবা ফাউববু পূর্ব্বাহ্ন কৌই। মতুংদা হুমিংখুংবা মতুং পুঙ ২ গা মিনিট ৫১ তাবা ফাউববু মধ্যাহ্ন কৌই। মথংদা হুমিং মশক উদবা ফাউববু অপরাহ্ন কৌই। হুমিং মশক উদবা থরানমচাক মশক উদদনা হুমিদাং পুঙ ৭ কা মিনিট ৩৯ তাবা ফাউববু সায়ং কৌই। মথংদা পুঙ ১০ গা মিনিট ৩ ফাউববু প্রদোষ কৌই। মথংদা নোংয়াই মতুং পুঙ ২ গা মিনিট ৫১ ফাউববু মহানিশা কৌই। মথংদা হুমিং মশক উবা ফাউববু নিশান্ত কৌই।

অষ্টকালগী ভজন হৌবদি নিশান্তদগী হৌগনি। তৌইগুমদু নিশান্তদি নোংয়াইমতুং পুঙ ২ গা মিনিট ৫১ দগী হৌই। মতম অদুদা দন্তধাবন তৌডনা ইরুজবদি য়াদে। মরমদি মতম অদুদা ইরুজবদি শংদে। ব্রাহ্মমুহূর্ত্ত য়ৌরগা অমোক লুগদবনি। মরম অসিনা নিশান্তদা হৌগৎলগা পুঙ ৩ গা মিনিট ৪০ তাদরিবমথে ইরুজবা য়াদে। অমসু অয়নগী থোংচৎনা পুঙ অসি চাওরাক্তা হাইরবনি, থাঙ্গেন্নবাদি চিঙ্খোহুনবা উদরিবমথে ইরুজবা য়াদে, অথমনা খনগনি।

নোংমৈকথোকবা মাংবেদা চিংগী মঙ্গল চৈদা চৈত্র অমসু দন্তধাবন তৌরগা ঈসিংদা ইরুগনি। অদুগা শ্রীগুরুদু খুরুমলগা শ্রীগুরুরূপা সখীগী নাক্তা ঐগী মঞ্জরীনা লৈনা নিকুঞ্জদা শ্রীগুরুনা পাম্পদা সেবা তৌগদবনি। সথক-দেহনা মনিদা মঙ্গলারতি দশন তৌগনি। শ্রীদপগোস্বামীনা অষ্টকাল ৮ গী লীলা সূত্র ওইনা লেংলমই। মাতাদি—

কুঞ্জাদেগাষ্ঠং নিশান্তে প্রবিশতি কুরুতে দোহনান্নশনাদ্যাং,
প্রাতঃ সায়ংচ লীলাং বিহরতি সখীভিঃসঙ্গবে চারয়ন্ গাঃ।
মধ্যাহ্নে চাথনক্তং বিলসতি বিপিনে রাধয়াদ্ধাপরাহ্নে,
গোষ্ঠং যাতি প্রদোষে রনয়তি সুহৃদো যঃ স কৃষ্ণোঽবতান্নঃ॥

নিশান্তদা নিভৃত নিকুঞ্জদগী ইবেমাগা থাদোকনদুনা গোষ্ট— নন্দগী যুমদা লেংই, প্রাতঃ অমসু সায়ংদনা সঙ্গোম সুমই, অদুগা লুক হাঙ্গি, পূর্ব্বাহ্নদনা সখাসীংগা লোইনদুনা ষণ শেন্দুনা সান্নে, মধ্যাহ্ন অমসু মহানিশাদনা বনদা ইবেমাগা লোইনদুনা সান্নে, অপরাহ্নদা ষণ হোইদুনা নন্দগী যুম গোষ্ঠদা বনদগী লেংই। মাসুম তৌদুনা প্রদোষদা নন্দগৃহদা লৈবা সুহৃদ পুম্নবু নুঙাইহংল্লি, অসুম তৌদুনা মতম নিপানমক্তা সান্নরিবা শ্রীকৃষ্ণনা ঐথোইবু ঙাকপীসনু।

শ্রীরূপ গোস্বামীকৃতাষ্টকালীন স্মরণমঙ্গলস্তোত্রম্।

১। অহানবদা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী নিশান্ত লীলাবু নিংসংবা :—

রাত্র্যন্তে ত্রস্তবৃন্দেরিত বহুবিরবৈর্বোধিতৌ কীরশারী,
পদ্যৈর্হৃদ্যৈরহৃদ্যৈরপি সুখশয়নাদুত্থিতৌ তৌ সখীভিঃ।
দৃষ্টৌহৃষ্টৌতদাত্বোদিত রতি ললিতৌ কক্খটীগী সশঙ্কৌ,
রাধাকৃষ্ণৌ সতৃষ্ণাবপি নিজ নিজ ধাম্ন্যাপ্ততল্পৌ স্মরামি॥

সুমিৎ থোক্তদবা দণ্ড ৬ রাৎলিঙৈদা নিশান্তদা ইবেমা ইবুঙো অনিমক্না নুঙাইনা রতিশয্যাদা চেপ্তুনা লৈরি, মতম অদুদা মুংশাথিরবী বৃন্দাসখীনা উচেকসীংদা ইনশন্দুনা উচেকসীংগী থোঙ্গেন্না অমসু থোইদোক্নমক ইবুঙো ইবেমনদি নুঙাইতবা রাহে ওইদুনসু ফজরবা চোঙ্গা তেনবাগী পদ্ম ওইবা রাহৈনা ইবুঙো ইবেমাবু হোদোক্লে, অদুগী তুংদা নুঙাইনা চেপ্পদগী অনিমকনা লেংখৎলি। সখী পুম্নমকনা অনিমকপু এংই, অনিমক্না হরাওই, অমসু মতম অদুদা থমোইদা থোরকপা রতিলীলানা অনিমক নুঙাইবা ওই, মতম অদুদা কক্খটী বানর অমোম্না থোংবা তারগা জটিলা লাক্নবা ওইনা চিংনথি, অমিমক থাদোক্নিংদদুনা মহাক মহাক্কী মন্দিরদা লেংখরগা অদুগা মহাক মহাক্কী শয্যাদা চেপতুনা লৈরুবা শ্রীরাধাকৃষ্ণবু নিংশিংজে।১।

২। অনিসুবদা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী প্রাতঃলীলা নিংশিংবা :—

শ্রীরাধাং স্নাত বিভূষিতাং ব্রজপয়াহূতাং সখীভিঃ প্রগে,
তদ্গেহে বিহিতান্নপাক রচনাং কৃষ্ণাবশেষাশনাং।
কৃষ্ণং বুদ্ধমবাপ্তধেনুসদনং নির্ব্যূঢ় গোদহনং,
সুস্নাতং কৃতভোজনং সহচরৈস্তঞ্চাথতাঞ্চাশ্রয়ে॥

সুমিৎ থোকপদগীনা দণ্ড ৬ (অং৯ পুং ৭ কা মিনিট ৩৯ ফাউবা) প্রাতঃদা শ্রীমতী রাধানা ইবেমাগী যুমদা চাংথবে। লৈংলে, যশোদানা বোরে, সখীসীংগা লোইনদুনা যশোদাগী গৃহদা লুক থোঙ্গি, অদুগা শ্রীকৃষ্ণগী মহাপ্রসাদপু হাঙ্গি, শ্রীকৃষ্ণনা চেপ্পদগী

লেঙ্খৎলগা মঙ্গোনদা লেংতুনা সঙ্গোম স্নমই, চাইথে, সথাসীংগা লোইনদুনা লুক হাই, অসিগুম্বা শ্রীরাধাকৃষ্ণ অনিবু ঐনা চংজে ।২।

৩। অহমশুবা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী পূর্ব্বাহ্নলীলা নিংশিংবা :—

পূর্ব্বাহ্নে ধেনুমিত্রৈর্বিপিনমনুশ্রিতং গোষ্ঠলোকানুযাতং,
কৃষ্ণং রাধাপ্তিলোলং তদভিসৃতিকৃতে প্রাপ্ততৎকুণ্ডতীরং।
রাধাঞ্চালোক্যকৃষ্ণংকৃতগৃহগমনায়ার্কার্চ্চনায়ৈ,
দিষ্টাং কৃষ্ণপ্রবৃত্ত্যৈ প্রহিতনিজসখীবর্ত্মনেত্রাং স্মরামি ॥

প্রাতঃগী মথং দণ্ড ৬ ( অয়ুক পুঙ ৭ কা মিনিট ৩২ দগীনা পুঙ ১০ গা মিনিট ৩ ফাওবা ) পূর্ব্বাহ্নদা শ্রীকৃষ্ণনা গোষ্ঠদগী ষণশেনবগী দমক বনদা লেংই, অদুগা শ্রীমতীবু অভিসার তৌহনবগী দমক শ্রীরাধাকুণ্ড তান্না লেংবা শ্রীরাধাবু ফংনিংবা মতুনা পুকনিং লাড়না ডাইবা, অমসু শ্রীরাধানা নন্দগী যমুমদা লুক হায়গা ইবেমাগী য়ুমদা লেংবা, জটিলানা সূর্য্যপূজা তৌবা চৎলু হাঙ্গনা থোদারে, অদুগী তুংদা শ্রীকৃষ্ণবু ফংনবগী দমক পাউ চংনবা সখীবু লাকপরা এংতুনা ইবেমানা ঙাইহুনা লৈ। অসিগুম্বা লীলা তৌবা শ্রীরাধাকৃষ্ণবু ঐনা নিংশিংজে ।৩।

৪। মরিশুবদা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী মধ্যাহ্নলীলা নিংসংবা :—

মধ্যাহ্নেঽন্যোন্যসঙ্গোদিত বিবিধবিকারাদি ভূষা প্রমুগ্ধৌ,
বাম্যোৎকণ্ঠাতিলোলৌ স্মরমখ ললিতাদ্যালিনর্মাপ্তশাতৌ।
দোলারণ্যাম্বুবংশীহৃতি রতিমধুপানার্ক পূজাদি লীলৌ,
রাধাকৃষ্ণৌ সতৃষ্ণৌ পরিজন ঘটয়া সেব্যমানৌ স্মরামি ॥

পূর্ব্বাহ্নগী মথংদা দণ্ড ১২ ( অয়ুক পুঙ ১০ মিনিট ৩ দগীনা নুংথিন পুঙ ২ গা মিনিট ৫১ ফাউবা ) মধ্যাহ্নদা শ্রীরাধাকৃষ্ণ অনিমক উনরবদা অনিমক্কী শ্রীঅঙ্গদা প্রেমগী বিকার মযামনা অনিমকপু লৈতেংহুনা অনিমক ঙকৃতুনা লৈ। অনিমক্কী ইবেমাগী বামা—য়াদবা, ইবুঙোগী উৎকণ্ঠা—খোরাংবা; অনিতুনা থোইদোকনা তথক তথকপা নুংশিনবগী প্রেমযজ্ঞদা ললিতানাচিংবা সখীসীংগী নোক্না হাঙ্গনবগী কুমৈ তৌবা; দোলদা সাননবা, বনদা চংতুনা সান্নবা, জলকেলী, বংশী হরণ, রতিলীলা, মধুপান, সূর্য্যপূজা অসিনাচিংবা লীলা তৌবা, মুনিংচুপ্পা ইবেমা ইবুঙো অনিমক্কী মথং মথং হেনগৎলকপা প্রেমমবু খোরাংবনা তিল্লিবা শ্রীরাধাকৃষ্ণ অনিবু সখীসীংনা সেবা তৌববু ঐনা নিংশিংজে ।৪।

৫। মঙাশুবদা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী অপরাহ্নলীলা নিংশিংবা :—

শ্রীরাধাং প্রাপ্ত গেহাং নিজরমণকৃতেক৯প্তনা নোপহারাং,
সুস্নাতাং রম্যবেশাং প্রিয়মুখকমলালোকপূর্ণপ্রমোদাং।
কৃষ্ণংচৈবাপরাহ্নে ব্রজমনুচলিতং ধেনুবৃন্দৈর্বয়স্যৈঃ,
শ্রীরাধালোকতৃপ্তং পিতৃমুখমিলিতং মাতৃ মৃষ্টং স্মরামি ॥

মধ্যাহ্নগী মথংদা দণ্ড ৬ (সুংথিন পুঙ ২ গা মিনিট ৫১ দগীনা কুমিং মশক উদবা ফাউবা) অপরাহ্নদা ইবেমানা বনদা শ্রীকৃষ্ণগা শান্নবদগী শঙ্গাইদা লেংলকই; অদুগা ইবুঙোগী দমক খুদোলপোৎ মযাম শেমই, অদুগা চাইথরে, ফিজেৎ লৈতেংই, অদুগা— অট্টালিকা (য়ুম অৱাংবা মতোল) দা কাখৎতুনা শ্রীকৃষ্ণনা বনদগী গোষ্ঠ তান্না লেংলকপা এংতুনা ইবেমানা পেনখি। শ্রীকৃষ্ণসু ষণনে· মথানে লোইনদুনা বনদগী গোষ্ঠ তান্না লেংথৎলক্লে। অট্টালিকাদা এংলিবী ইবেমাবু উদুনা নুঙাইরে। মথংদা নন্দ, যশোদা শ্রীকৃষ্ণগা উনরে, নুঙাইরে, যশোদানা মচাবু বনদা চৎলুবগী শ্রীঅঙ্গবু অমোৎ অকাইদগী সুনা শেংদোকপি, অসিগুম্বা লালা সান্নরিবা শ্রীরাধাকৃষ্ণবু ঐনা নিংশিংজৈ।৫।

৬। তরুকসুবদা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী সায়ংলীলা নিংশিংবা :—

সায়ং রাধাং স্বসখ্যা নিজরমণকৃতে প্রেষিতানেক ভোজ্যাং,
সখ্যানীতেশশেষাশন মুদিতহৃদাং তাংচ তংচ ব্রজেন্দুং।
সুস্নাতং রম্যবেশং গৃহমনু জননী লালিতং প্রাপ্তগোষ্ঠং,
নির্ব্যূঢ় স্রালি দোহং স্বগৃহমনু পুনর্ভুক্তবন্তং স্মরামি ॥

সায়ং—কুমিং মশক উদবদগীনা নুমিদাং দণ্ড ৬ (নুমিদাং পুঙ ৭ কা মিনিট ৩৯ ফাউবা) দা শ্রীরাধানা শ্রীকৃষ্ণগী দমক সখীসিংবু অচা অথকনাচিংবা পোৎ থিনহনলি; মাদুবু শ্রীকৃষ্ণনা হারগা অরেম্ববু সখীনা পুরক্লগা ইবেমানা হাদুনা নুঙাই, অমসু— শ্রীকৃষ্ণনা গোষ্ঠ য়ৌরগা চাইথৈ, বেষ ভূষণ তৌই, যশোদানা মচাবু লালন তৌই, অদুগা সঙ্গোম সুমই, অদুগা মন্দিরদা লেংশিন্দুনা লুক হাই, অসিগুম্বা শ্রীরাধাকৃষ্ণবু ঐনা নিংশিংজৈ।৬।

৭। তরেৎসুবদা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী প্রদোষলীলা নিংশিংবা :—

রাধাং সালীগণাং তামসিতসিতনিশাযোগ্যবেশ্যাং প্রদোষে,
দূত্যা বৃন্দোপদেশাদ্ভি সৃতযমুনাতীর কল্পাগকুঞ্জাং।।
কৃষ্ণং গোপৈঃ সভায়াং বিহিতগুণিকলালোকনং স্নিগ্ধমাত্রা,

যত্নাদানীয় সংশায়িতমথ নিভৃতং প্রাপ্তকুঞ্জং স্মরামি ॥

প্রদোষ দণ্ড ৬ ( সুমিদাং পুঙ ৭ কা মিনিট ৩৯ দগীনা পুঙ ১০ গা মিমিট ৩ ফাউবা ) দা শ্রীরাধানা সখীসীংগা লোইনাদুনা নিন্দুং অমম্বা অহিংগী অমুবা বেষ নক্ষত্রগা নিনমাং অঙানবদা থোন্নবা বেস অঙোবা থোল্লি, দূতীনা বৃন্দাগী পাউত্তাক লৌরুদুনা ইবেমানা অভিসার তৌদুনা যমুনা মপানগী কুঞ্জ মনুংদা শ্রীকৃষ্ণনবু ঙাই, শ্রীকৃষ্ণনাশু নন্দালয়দা— গোপ ময়াম্বু হুঙাইহন্দুনা পাংইবা, ঈশৈ চৎনবা, যন্ত্রখোংবনাচিংবগী কলা ময়াম এংদুনা তাদুনা হুঙাইনা লৈ. মমা যশোদানা মচাবু লুংশিনা শয্যাদা পুশন্দুনা সুমই, অদুগী মতুংদা শ্রীকৃ.. নিভৃতনিকুঞ্জ তান্না লেংদুনা অভিসার তৌবা শ্রীরাধাকৃষ্ণবু ঐনা— নিংশিংজৈ ।৭।

৮। নিপানস্তবদা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী মহানিশাগী লীলাবু নিংশিংবা :—

তাবৎকৌ লব্ধ সঙ্গৌ বহুপরিচরণৈর্বৃন্দয়ারাধ্যমানৌ,
গানৈনর্ম প্রহেলী সুলপনটনৈঃ রাস-লাস্যাদি রঙ্গৈঃ।
প্রেষ্ঠালীভির্লসন্তৌ রতিগত মনসোমৃষ্টমাধ্বীকপানৌ,
ক্রীড়াচার্যৌ নিকুঞ্জে বিবিধরতিরণোদ্ধত্য বিস্তারিতান্তৌ ॥
তাম্বূলৈর্গন্ধমাল্যৈর্ব্যজন হিমপয়ঃ পাদ সম্বাহনাদ্যৈঃ,
প্রেম্না সংসেব্যমানৌ প্রণয়ী সহচরী সঞ্চয়েনাপ্তশান্তৌ।
বাচা কান্তৈরনাভির্নিভৃত রতিরসৈঃ কুঞ্জসুপ্তালিসঙ্ঘৌ,
রাধাকৃষ্ণৌ নিশায়াং কুসুমশয়নে প্রাপ্তনিদ্রৌ স্মরামি ॥

উংকঞ্জিংচিব ওইনা হুমংচুপ্পা খোরাংদনা থা ঙমদ্রবা ইবুঙো ইবেমা অনিনা মহানিশা দণ্ড ১২ ( অহিং পুঙ ১০ গা মিনিট ৩ দগীনা পুঙ ২ গা মিনিট ৫১ ফাউবা ) দা উনবে, মনিবু সেবা থৌগন তৌবী থিবিকনা মরম ওইদুনা বৃন্দানা থৌগন তৌই, মথংদা ঈশৈ চকপা, নোকুংহান্দনদুনা শান্নবা, জগোই শাবা, যন্ত্রখোংবা, য়ৈবা, তৌদুনা সখীসীংগা শান্নে রতিযুদ্ধগী দমক পান্নবা ইবুঙো ইবেমা অনিনা নিংথিনা শেন্নবা মধু- পান কৌই, কন্দর্পগী লীলাদা আচার্য ওইবা অনিমক্কী মথল মথা য়ামলবা লীলা সন- দোকদুনা শান্নে, চান্নবা সখীসীংনা অনিমক্তা পানা, লৈচন্দন, হুমাইনাচিংবনা থৌগন তৌই—শ্রীচরণবু নোইবনাচিংবা থৌগন তৌই। সখী পুম্বনা মাগী মাগী কুঞ্জদা তুম- থরবদা রতিশয্যাদা চেপলিবা ইবুঙো ইবেমা অনিনা রতিলীলাগী অথুপ্পা বাহৈ ফজবা ঙাংদুনা লৈবা, অদুগী তুংদা লৈশা শয্যাদা চেপথনবা অনিমকপু ঐনা নিশিংজৈ ।৮।

শ্রীরূপ গোস্বামীনা লেংবা অষ্টকালগী নিত্যলীলানি।

**বিশেষ:—** ঐগী উরিবা মশক অসি সাধক দেহনি, মাগুম্না অউবা মশক অসিনা শ্রীচৈতন্য প্রভুগী থোগন তৌরিবা শ্রীগুরুগী শ্রীমূর্ত্তিবু নিংসংগনি। সিদ্ধদেহ (শ্রীগুরুনা পীনবিবা মশক) না শ্রীগুরুরূপা সখীগী নাক্তা লৈত্তুনা হাঙ্গৈখরবা মতম নিপানগী লীলাবু শ্রীমন্মহাপ্রভুগী ভাবী ওইনা নিংশংগনি।

মতম নিপানগী লীলা অসি সুতিগী হকাই কাইদনা শ্রীরাধাকৃষ্ণনা সাম্নৈ, অমুম্না নিংগনি। শ্রীকৃষ্ণজন্ম অমসু মতুং নোংমা কোনবা নন্দ উৎসব, থোরনী জন্ম অমসু মতুং নোংমা কোনবা বৃষভানু উৎসব, হাঙ্গৈখরবা সুমিৎ ৪ নি অসিদা অষ্টকালিন লীলা অসি তৌদে। মাতুম্না শ্রীপঞ্চমীদগীনা পূর্ণিমা ফাউবা সুমিৎ ১১নি, অদুগী মথ দ লমদা (ফাল্গুন) গী নোংমা পানবদগীনা পূর্ণিমা ফাউবা সুমিৎ ১৫ নি, অপনা সুমিৎ ২৬নি, মথক্কী সুমিৎ ৪ নিগা সুমিৎ ৩০ নি অসিদা গোচারন লীলা, শ্রীমতীগী সূর্যপূজা তৌদে, অমুমনা গৌড়ীয় বৈষ্ণবশীংনা চংনৈ।

## শ্রীভাগবত কীর্ত্তন।

শ্রীমন্মহাপ্রভুগী শ্রীমুখনা তাকপীরমই,—প্রণব (ওঁ) না বেদ পুম্নমক্কী থোকফমনি, মহাক্কী অর্থবু ব্রহ্মগায়ত্রীনা। হাঙ্গৈ। মহাক্কী অর্থনা শ্রীভাগবত চতুঃশ্লোকীনি। অদুগা শ্রীভাগবত দ্বাদশ স্কন্ধনা ব্রহ্মগায়ত্রীগী সন্দোকপা অর্থনি। মরম অসিনা গায়ত্রীমু অপ-চিনমন্নি, শ্রীভাগবত স্কন্ধ ১২সু চাওমনখিবনা চতুঃশ্লোকনা চপ চাই। চতুঃশ্লোকপু তত্তুনা পাঠ তৌগনি, তমগনি। মাদুদি,—

"জ্ঞানং পরমং গুহ্যংমে যদ্বিজ্ঞান সমন্বিতং।
সরহস্যং তদঙ্গঞ্চ গৃহাণগদিতং ময়া ॥১॥
যাবানহং যথাভাবো যদ্রূপগুণকর্ম্মকঃ।
তথৈব তত্ত্ববিজ্ঞানমস্তুতে মদনুগ্রহাৎ ॥২॥
অহমেসমেবাগ্রে নান্যদ্ যৎসদসৎপরং।
পশ্চাদহং যদেতচ্চ যোহবশিষ্যেত সোহস্ম্যহং ॥৩॥
ঋতেহর্থং যৎ প্রতীয়েত ন প্রতীয়েত চাত্মনি।
তদ্বিদ্যাদাত্মনোমায়াং যথাভাসো যথাতমঃ ॥৪॥
যথা মহান্তি ভূতানি ভূতেষুচ্চাবচেষ্বনু।
প্রবিষ্টান্যপ্রবিষ্টানি যথা তেষু ন তেস্বহং ॥৫॥
এতাবদেবজিজ্ঞাস্যং তত্ত্বজিজ্ঞাসুনাত্মনঃ।

অন্বয় ব্যতিরেকাভ্যাং যৎ স্যাৎসর্ব্বত্র সর্ব্বদা ॥৬॥

এতন্মতং সমাতিষ্ঠ পরমেণ সমাধিনা ।

ভবান্ কল্পবিকল্পেষু ন বিমুহ্যতি কর্হিচিৎ ॥৭॥

—*—

শ্রীভাগবত শ্রীমদ্ভগবদ্গীতা অনিমক মশা অমত্তনি। গীতা শ্লোক ৭০০ নি, মাত্তুগী মনুংদা শ্লোক তরেৎনা শ্রীগীতা পুম্বগী মশকনি। মাদুদি,—

ওমিত্যেকাক্ষরং ব্রহ্ম ব্যাহরন্মামনুস্মরন্ ।

যঃ প্রয়াতি ত্যজন্দেহং স যাতি পরমাং গতিম্ ॥১॥

স্থানে হৃষীকেশ তব প্রকীর্ত্ত্যা জগৎ প্রহৃষ্যত্যনুরজ্যতে চ ।

রক্ষাংসি ভীতানি দিশো দ্রবন্তি সর্ব্বে নমস্যন্তি চ সিদ্ধসঙ্ঘাঃ ॥২॥

সর্ব্বতঃ পাণিপাদং তৎসর্ব্বতোঽক্ষিশিরোমুখম্ ।

সর্ব্বতঃ শ্রুতিমল্লোকে সর্ব্বমাবৃত্য তিষ্ঠতি ॥৩॥

কবিং পুরাণমনুশাসিতারমণোরণীয়াংসমনুস্মরেদ্যঃ ।

সর্ব্বস্য ধাতারমচিন্ত্যরূপমাদিত্যবর্ণং তমসঃ পরস্তাৎ ॥৪॥

ঊর্দ্ধমূলমধঃশাখমশ্বত্থং প্রাহুরব্যয়ম্ ।

ছন্দাংসি যস্য পর্ণানি যস্তং বেদ স বেদবিৎ ॥৫॥

সর্ব্বস্য চাহং হৃদি সন্নিবিষ্টো মত্তঃ স্মৃতির্জ্ঞানমপোহনং চ ।

বেদৈশ্চ সর্ব্বৈরহমেব বেদ্যো বেদান্তকৃদ্বেদবিদেব চাহম্ ॥৬॥

মন্মনা ভব মদ্ভক্তো মদ্যাজী মাং নমস্কুরু ।

মামেবৈষ্যসি যুক্ত্বৈবমাত্মানং মৎপরায়ণঃ ॥৭॥

শ্রীভাগবততনা শ্রীকৃষ্ণগী লীলা পুম্নমকপু হাঙ্ই, মাখোই পুম্নমক্কী মনুংদা শ্রীমতী রাসলীলানা অহেনবনি, অদুগা মহাকপু সর্ব্বলীলাসম্পদশিরোমণি কৌই, শ্রীভাগবতনা হাঙ্ই,—

"বিক্রীড়িতং ব্রজবধূভিরিদঞ্চ বিষ্ণোঃ শ্রদ্ধান্বিতোঽনুশৃণুয়াদথ বর্ণয়েদ্ যঃ ।

ভক্তিং পরাং ভগবতি প্রতিলভ্য কামং হৃদ্রোগমাশ্বপহিনোত্যচিরেণ ধীরঃ ॥"

ব্রজবধুসিংগা লোইনদুনা শ্রীকৃষ্ণনা সাম্নবা লীলাবু য়ামনা থাজবগা লোইননা ভাগদবা ওই, অদুগী তুংদা চিন্না রাসলীলাবু হাঙ্ইগনি, ওম্লগা মানা রাসগী কাব্য লেংগনি, মাহম্না

তৌরবা মীনা শ্রীকৃষ্ণদা প্রেমগী মশক ওইবা ভক্তি ফংহনা থমোইগী লাইথুং ওইবা কামবু থুনা থাদোকই। অস্নমনা শ্রীভাগবতনা তাকপা মরমনা শ্রীকৃষ্ণগী লীলা, গুণ নামবু ছক্কদবনি। মাতুদা বেদদা হাঈবদি ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয়, বৈশ্য, দ্বিজবর্ণতনা ছক্কনি, দ্বিজবন্ধু হাঈবদি ব্রাহ্মণনাচিংবগী মচা ওইনদি পোকলগা বেদবু তমদ্রবা মী। অমস্নু—সুপীদি বেদবু অমম্ব বেদদা লৈবা নামবু হননবা য়াদে।

অসিগুম্বা তাইবংদা পোক্লগা লানবা হুম্রোইদবা জীবসীংবু সুংশিবিতনা হরিগী কলানা সত্যবতীগী মচা কৃষ্ণদ্বৈপায়ন ব্যাসদেব ওইনা পোকই, অদুগা মশাক্লা বেদদগী লৌথোকতুনা শ্রীকৃষ্ণগী নাম, গুণ, লীলাবু লেংথোকপীতনা ছন্তিক্তি মী পুম্বনা থাইজ থাইবুং নাইদনা ছক শোনবা য়াহনবিরে। শ্রীহরিনা জগৎকী গুরু বেদব্যাস ওইনা অবতার তৌদ্রবদি, মীদি পুম্বনা চাইনংদা শ্রীকৃষ্ণগী নাম অমা ফাউবা শোনবা ঙমদে, মরমদি শুক্লযজুর্বেদগী জাবালোপনিষদনা নাম তেপগী মরমদা হাঈ। মাতুদগী থংই—নাম জপতি ঙমফবা নত্তে। অতুবু বেদব্যাসনা বেদান্ত ব্রহ্মসূত্রদা, মরিসুবা অধ্যায়দা গুণোপসংহার তাকতুনা নামকপতা নামোপসংহার তাকই, অদুনা হুজিক মীওইবনা নাম জপ তৌবা তম্লিবনি। মরম অসিনা শ্রীপাইনা সংকীর্তন মহাযজ্ঞ অসিদা বৈয়াসকি কীর্ত্তন তৌডনা শ্রীহরিবু উপাসনা তৌজে। বৈয়াসকি কীর্ত্তনগী মশকতি শ্রীভাগবতনা তাকই, মাতুদি—সংকীর্ত্তনদা শ্রীগুরুপাদাশ্রয় তৌগদবনি। মরম অসিনা গৌরেশ্বর সম্প্রদায়গী গুরুপরম্পরাদি অসিনি,— ১ শ্রীব্রহ্ম, ২ শ্রীব্রহ্মা, ৩ শ্রীনারদ, ৪ শ্রীকৃষ্ণদ্বৈপায়ন ব্যাসদেব, ৫ শ্রীগৌরেশ্বরপাদ মধ্বাচার্য, ৬ শ্রীপদ্মনাভাচার্য, ৭ শ্রীনরহরি, ৮ শ্রীমাধবাচার্য, ৯ শ্রীঅক্ষোভ্য, ১০ শ্রীজয়তীর্থ, ১১ শ্রীজ্ঞানসিন্ধু, ১২ শ্রীদয়ানিধি, ১৩ শ্রীবিদ্যানিধি, ১৪ শ্রীরাজেন্দ্র, ১৫ শ্রীজয়ধর্মমুনি, ১৬ শ্রীপুরুষোত্তম, ১৭ শ্রীব্রহ্মারণ্য, ১৮ শ্রীব্যাসতীর্থ, ১৯ শ্রীলক্ষ্মীপতি, ২০ শ্রীমাধবেন্দ্রপুরী, ২১ শ্রীঈশ্বরপুরী অমসু ২২ শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য প্রভু, অসিনি।

গৌড়ীয় সম্প্রদায়দা মণিপুরী সম্প্রদায়না ১ শ্রীমন্মহাপ্রভু, ২ শ্রীলোকনাথ গোস্বামী, ৩ শ্রীনরোত্তম ঠাকুর মহাশয়গী সম্প্রদায়নি, মণিপুরীশিংনা ধারণ তৌরিবা তিলক অসিনি। শাস্ত্রনা হাঈ,—শ্রীভীমসেননা বভ্রুবাহন নিংথৌদা মণিপুরদা নাম তাক্লমই, মাতুদু—সুপ্রাচীন জাতি মণিপুরীয় ক্ষত্রিয়সাগী আদি গুরুসু হাঈথরবা প্রণালি অদুগা কাইনবা লৈতে। মাতুদি ব্যাস, ভীমসেন, বভ্রুবাহন অসুমনা মথং মথংনি। থোইদোকনামব—ভীমসেনদি পবন দেবগী অবতারনি। গৌড়েশ্বর পাদ শ্রীমন্মাধ্বমুনি, অনৌবা যুগতা মণিপুরীয় ক্ষত্রিয়সীংনা লৌনা নাম ফংবা নত্তে, হান্না ফংলম্বগী গুরু-প্রণালি অমত্তুনি। ভীমসেননা তাকপা নামগী মহিমাদি,—

"তুর্যেযুগে চ সংপ্রাপ্তে মানবান্ পাপপুরিতান্।

পাবয়িষ্যতি নামাস্থবিষ্ণোরমিততেজসঃ ॥
কুতোদুঃখং কুতোদৈন্যং কুতোপাপভয়ং নৃণাং।
যেষাং সদ্ভাবসংযুক্তাজিহ্বাস্যাৎ কৃষ্ণবাদিনী ॥"
ইত্যেবং ভীমসেনেন বভ্রুবাহনং প্রতি।
শ্রীহরিনাম মাহাত্ম্যং মণিপুরে প্রচারিতং ॥

শ্রীধাম মণিপূরদা শ্রীকৃষ্ণনা সংসংনা লেংলকপা মতমদা ভীমসেননা মচানিপা বভ্রুবাহনদা নামবু তাক্লমই। কলিযুগতা মথাথংবা ভারততা ভক্তিদেবীনা পোকই, মাদুদা সংকীর্ত্তন মহাযজ্ঞনা অহানবা থোকই, শ্রীমন্মহাপ্রভুনা গয়াধামদা তীর্থ লেংবদা শ্রীঈশ্বর পুরীদগী দীক্ষা তৌদুনা সংকীর্ত্তনবু গৌরদেশদা প্রচার তৌই। মণিপূরদা নিংথৌরেন চরাইরোংবনা ইহান হান্না তৌই। মচা ইবুঙো গরিবনিৱাজ মহারাজনা চাওথংহল্লমই। মণিপুর শ্রীধামদা শ্রীশ্রী৺গোবিন্দনা ও হৌরিবদা ভাগ্যচন্দ্র জয়সিংনা তাইবংপানবদা মাগুম্বা অনি সুদ্রবা মণিপুরায় সঙ্কীর্ত্তন মহাযজ্ঞবু মরা চেৎনা থারমই। শাস্ত্রনা হাঙই মাদুদি সংকীর্ত্তন মহাযজ্ঞ অসিদা লৈপাক অতুগী মরোল্লম্ম চুবনবনি, হাঙই। লৈপাক অসিদা পাল্লম্বা চূড়াচাঁদ সিংহ—শ্রাদ্ধ কুণ্ডনা থদাই ওনব, তদ্ধগী ঈচেন ওইম্বী শ্রীগঙ্গাদা যাইবী থবাই শিনখিবা নিংথৌনা পুনঃসিরবী ইমাবোননা কীর্ত্তন তৌহল্লমই। অসি মণিপুরী প্রজা লক্ষ তরুণকী কীর্ত্তন শরদা শ্রীহরিবু ইরোনগা লোইননা কীর্ত্তন তৌজবদি—শ্রীহরিনা লৌসিন্ন।

হে প্রাণেশ্বর কীর্তনস্থবিষয়ে ভক্ত্যা সদারক্ষিতে,
বুদ্ধ্যা সত্ববিশুদ্ধয়া বিরহিতো নাহংপ্রবেষ্টুংক্ষমঃ।
দৃষ্ট্বা লেখ্যপটন্তু তস্যযদহো ব্যাখ্যামি সর্ব্বজ্ঞবৎ,
তদ্দোষাদ্ ভবদীয়দাস্যনিগড়ৈর্বন্ধোস্তুদণ্ডোময়ি ॥

—।—

## তাইবংপানবদা মহাককুম্বা অনিসুদ্রবা শ্রীধাম (১) মণিপূরগী শ্রীশ্রীহরিসংকীর্ত্তনগী হৌনবী।

সংকীর্তন হৌগদবগী মণ্ডলীদা কোঙইরবা মতমদা ব্রাহ্মণনা মথাদা হরিবা হরিধ্বনি অসি হাঙই,—

---

(১) মণিপুরবু "শ্রীধাম" হাঙইবগী মরমদি পৃথিবীদা লৈবা লম পুম্নমকগী মণিপুরনা ইহান হানবনি, মতিক মঙ্গলম্ব মহাক্কা পুমহেন হেল্লি, মাগুম্বা অতৈ লৈতে, অসুমনা

"শ্রীমদ্রাধাগোবিন্দ প্রীতি আনন্দে বল প্রেমসে কহ শ্রীরাধাকৃষ্ণ বল।

প্রভুনিত্যাই চৈতন্যাদ্বৈত শ্রীরাধারাণী কহত সন্ত-স্যধো মধুররসবাণী হরে হরে ॥"

মাসি হাঙ্গদুনা ব্রাহ্মণ...া লাওই, অদুগা সংকীর্ত্তন হৌগংলি।

সংকীর্তনদা চোদ্দ মাদল (২) দুমেন হৌরবদি মথাদা ইগিবা ধ্বনি তরামরি অসি ব্রাহ্মণনা লাওই, ধ্বনি অমামমগা মাদল য়ৈবা অমামমগা পুরোন অমামম হাতনা য়ৈ,—

"১ শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য প্রীতি আনন্দে হরিবল হরিবল। ২ শ্রীনিত্যানন্দপ্রভু প্রীতি—। ৩ শ্রীঅদ্বৈতপ্রভু প্রীতি—। ৪ শ্রীগদাধরপ্রভু প্রীতি—। ৫ শ্রীবাসাচার্যপ্রভু প্রীতি—। ৬ শ্রীদ্বাদশ গোপাল প্রীতি—। ৭ অষ্ট মহন্ত প্রীতি—। ৮ শ্রীছয় গোসাই প্রীতি—। ৯ শ্রীচৌষষ্টিমোহান্ত প্রীতি—। ১০ শ্রীগৌরভক্তবৃন্দ প্রীতি—। ১১ শ্রীসাত সম্প্রদায়—প্রীতি—। ১২ শ্রীচোদ্দমাদল প্রীতি—। ১৩ শ্রীসমস্ত ভক্তবৃন্দ প্রীতি—। ১৪ শ্রীমদ্ রাধাগোবিন্দ প্রীতি—।"

ধ্বনি ১৪ অসি লাওরবা তুংদা বৈষ্ণব ব্রাহ্মণশিংনা ঘৃত কর্পূরগী দীপাহুতি পাইরদুনা এংলোইনবা মণ্ডপবু কোইদুনা ধূপ মেক্রুক্কা লোইনবা দাপাহুতি তৌই। অদুগা "হরয়ে নমঃ কৃষ্ণায় যাদবায় নমঃ। মাধবায় নমঃ কেশবায় নমঃ। হরে—গোবিন্দ গোপাল রাম শ্রীমধুসূদন হরে কৃষ্ণ হরে রাম রাধাগোবিন্দ" নাম অসি চকই, অমসু দীপাহুতি পাইদুনা মণ্ডপ কোইদিদৈদা দবি মঙ্গল (৩) কৌ...মতুদি, ঘটতা

---

লাইরিক পুন্নমক্তগী মানা মতামলবা অমসু মানা ইতেল চংবা বেদনা অমসু রামায়ণ মহাভারতনাসিংবা সুপ্রাচীন শস্ত্র পুস্বনা মাতবু থাগৎলিবা মণিপুরবু শ্রীধাম কৌগদবনি। মহাকবা মাদবা মফমদ মগী বৈকুণ্ঠনি, হাঙ্গদুনা শস্ত্রনা মাবু 'দ্বিতীয় বৈকুণ্ঠ" কৌই। মাতবু ফোংদোকতুনা ঐখোইনা শ্রীশ্রীগোবিন্দগী রাস সাম্নফম ধাম—মণিপুর অসিবু শ্রীধাম কৌই। ঐখোইনা বেদবু রামায়ণবু, মহাভারতপু মীনম্বা তৌহৈদে। মুনিংনা থানা ঙাম্লবা তাইবংদা বেদবু মীনম্বা ঙম্বা মী লৈবা হৌনদে।

(২) মাদল=মার্দল হায়িবনি, মাতুংদি অর্জুননা বভ্রুবাহনগা থংনবা মতমদা অর্জুন্না হাঙ্গিরমই,—"নংদি লানগী দমক লাকপা গুরুবু উরগা ক্ষত্রিয় ধর্মগা হোননা থংথ্রনো দণ্ডবৎ তৌতুনা খুরুমই। নমাগী শাগৈগী প্রীতি নংগী মাদল য়ান্দুনা পাংদা চৎলন তৌ।" মাসিদগী থংই,— মণিপুরগী পুং অসিবু "মার্দল" কৌই, মিতৈরোলদা "তাল য়ৈবা" কৌই। পুং কৌবদি অনুকরণ শব্দনি।

(৩) অগ্নি পুরাণদা সংকীর্তনগী মঙ্গল হাঙ্গি, মতুংদি—শ্রীবৃষভজা জাগরণগী ওইনা হাঙ্গি। দক্ষিণ ভারতত মাতগী সংকীর্তন তৌবদা মঙ্গল চাইনৈ তৌনৈ, মাতবু নিবন্ধকারসিংনা হাঙ্গি,— শ্রীকৃষ্ণগী জাতকর্ম্মদা লাকপা গোপ গোপাসিংনা মঙ্গল চাইনৈ,

হাপ্পা যঙোম অকন্বদা য়াইঙং মকুপ, কর্পূরনাচিংবা মঙ্গল দ্রব্য হাপলগা উনা মথন মঙানা লুপতুনা কীর্ত্তন তৌরবা পুন্নবু অমসু ভাবুক পুন্নবুসু কোক্তা থিক্কনি, অতুগা চক্লুবু—কীর্তন মণ্ডলী ময়াইদা থুগাইগনি।

মাসুম তৌতুনা ধূমেল হৌরগা মূলসংকীর্তন তৌতুনা অহিং চুপ্পা জাগরণ তৌই। অতুগা অয়ুক নুংথিন চুপ্পা কীর্ত্তন তৌরগা সায়ংদা চৌদ্দ মাদল ( পুং ১৪ ) য়ৈতুনা ধূমেল অমোকহন্না তৌতুনা সংকীর্তন মহাযজ্ঞবু সাঙ্গ তৌই।

মাতুগী মতুংদা গৌড়ীয় সম্প্রদায়গী চৎনবী মতুংইন্না ধ্বনি লাওতুনা নাম থিঙ্গৎলি, মাতুদি অসিনি,—

## অথ সংকীর্তনান্তে জয়ধ্বনিঃ।

কহত সন্ত সাধো! মধুর-রসণবাণী হরে হরে।

১। শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভু।
২। " নিত্যানন্দ মহাপ্রভু।
৩। " অদ্বৈত প্রভু।
৪। " গদাধর ঠাকুর।
৫। " ব্যাসাচার্য ঠাকুর।
৬। " অষ্ট মহান্ত।
৭। " দ্বাদশ গোপাল।
৮। " ছয় গোসাই।
৯। " চৌষষ্টি মহান্ত।
১০। " সমস্ত গৌরবাসী।
১১। " নীলাচল।
১২। " জগন্নাথ দেব।
১৩। " বলভদ্র সুভদ্রা।
১৪। " সমস্ত ক্ষেত্রবাসী।
১৫। " দ্বারকাপুর।
১৬। " দ্বারকা নাথ।
১৭। শ্রীসমস্ত দ্বারকাবাসী।
১৮। " কুরুক্ষেত্র গয়াগঙ্গা।
১৯। " বদরিকাশ্রম।
২০। " নৈমিষারণ্য।
২১। " বদরি নারায়ণ।
২২। " হরিদ্বার নাথ।
২৩। " অযোধ্যাপুর।
২৪। " অযোধ্যা নাথ।
২৫। " সমস্ত অযোধ্যাবাসী।
২৬। " কাশীধাম।
২৭। " কাশীনাথ।
২৮। " সমস্ত কাশীবাসী।
২৯। " মথুরা মণ্ডল।
৩০। " মথুরানাথ।
৩১। " সমস্ত মথুরাবাসী।
৩২। " রাধাকুণ্ড শ্যামকুণ্ড।

তৈনৈ, অসুমনা শ্রীভাগবতনা হাঙ্গৈ; মাতুদগী তম্বনি। অতুদগী সংকীর্ত্তনদা মথং মথং তৌহৌবনি। মণিপুরগী সংকীর্তন অমসু রাস অসিগুম্বা কুইরবদা সুপ্রাচীনত্ব অমসু—পূর্ণাঙ্গ ওইবদা তাইবংদা অনি সুদবনি, হাঙ্গৈবা অসি ঐখোইনা নিংথিনা হাঙ্গৈবা ওমই। অসিগুম্বা ( দধি-মঙ্গল ) অসি মখম অতৈদা তৌদে।

"শ্রীমদ্রাধাগোবিন্দ প্রীতি আনন্দে বল প্রেমসে কহ শ্রীরাধাকৃষ্ণ বল।
প্রভুনিত্যাই চৈতন্যাদ্বৈত শ্রীরাধারাণী কহত সন্ত-স্যধো মধুররসবাণী হরে হরে।।"
মাসি হাঙ্গৈদুনা ব্রাহ্মণনা লাওই, অদুগা সংকীর্ত্তন হৌগৎলি।

সংকীর্তনদা চৌদ্দ মাদল (২) দুমেন হৌরবদি মথাদা ইরিবা ধ্বনি তরামরি অসি ব্রাহ্মণনা লাওই, ধ্বনি অমামমগা মাদল য়ৈবা অমামমগা পুংলোন অমামম হোত্তনা য়ৈ,—

"১ শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য প্রীতি আনন্দে হরিবল হরিবল। ২ শ্রীনিত্যানন্দপ্রভু প্রীতি—। ৩ শ্রীঅদ্বৈতপ্রভু প্রীতি—। ৪ শ্রীগদাধরপ্রভু প্রীতি—। ৫ শ্রীবাসাচার্যপ্রভু প্রীতি—। ৬ শ্রীদ্বাদশ গোপাল প্রীতি—। ৭ অষ্ট মহন্ত প্রীতি—। ৮ শ্রীছয় গোষাই প্রীতি—। ৯ শ্রীচৌবষ্টিমোহান্ত প্রীতি—। ১০ শ্রীগৌরভক্তবৃন্দ প্রীতি—। ১১ শ্রীসাত সম্প্রদায়— প্রীতি—। ১২ শ্রীচৌদ্দমাদল প্রীতি—। ১৩ শ্রীসমস্ত ভক্তবৃন্দ প্রীতি—। ১৪ শ্রীমদ্ রাধাগোবিন্দ প্রীতি—।"

ধ্বনি ১৪ অসি লাওরবা তুংদা বৈষ্ণব ব্রাহ্মণসীংনা ঘৃত কর্পূরগী দীপাহুতি পাইরদুনা এংলোইননা মণ্ডলীবু কোঙ্গৈদুনা ধূপ মেক্রুক্কা লোইননা দীপাহুতি তৌই। অদুগা "হরয়ে নমঃ কৃষ্ণায় যাদবায় নমঃ। মাধবায় নমঃ কেশবায় নমঃ। হরে— গোবিন্দ গোপাল রাম শ্রীমধুসূদন হরে কৃষ্ণ হরে রাম রাধাগোবিন্দ" নাম অসি ছকই, অমসু দীপাহুতি পাইদুনা মণ্ডলী কোঙ্গৈদ্রিঙৈদা দধি মঙ্গল (৩) তৌংনি। মতুদি, ঘটতা

---

লাইরিক পুম্নমক্কী মানা মহানলবা অমসু মানা ইহেন চৎনবা বেদনা অমসু রামায়ণ মহাভারতনাসিংবা সুপ্রাচীন শাস্ত্র পুম্বনা মাতবু থাগৎলিবা মণিপুরবু শ্রীধাম কৌগদবনি। মহাককা মান্নবা মফম্দি স্বর্গী বৈকুণ্ঠনি, হাঙ্গৈদুনা শাস্ত্রনা মবু 'দ্বিতীয় বৈকুণ্ঠ" কৌই। মাদুবু ফোংদোকদুনা ঐথোইনা শ্রীশ্রীগোবিন্দগী রাস সান্নফম ধাম— মণিপুর অসিবু শ্রীধাম কৌই। ঐথোইনা বেদবু রামায়ণবু, মহাভারতপু মীনম্বা তৌহৈদে। মুনিংনা থানা ভাম্লিবা তাইবংদা বেদবু মীনম্বা ঙম্বা মী লৈবা হৌনদে।

(২) মাদল=মার্দল হাঙ্গৈবনি, মাদুদি অর্জ্জুননা বভ্রুবাহনগা থংনবা মতমদা অর্জ্জুননা হাঙ্গৈরমই,—"নংদি লানগী দমক লাকপা গুরুবু উরগা ক্ষত্রিয় ধর্মগী হৌনবা থংদ্রদুনা দণ্ডবৎ তৌদুনা খুরুমই। নমাগী শাগৈগী কীর্ত্তি নংক্তা মার্দল য়ান্দুন পালাদা চৎলন তৌ।" মাসিদগী থংই,— মণিপুরগী পুং অসিবু "মার্দল" কৌই, মিতৈরোনদা "তাল য়ৈবা" কৌই। পুং কৌবদি অনুকরণ শব্দনি।

(৩) অগ্নি পুরাণদা সংকীর্তনগী বাএন হাঙ্গৈ, মদুদি— শ্রীকৃষ্ণজন্মগী জাগরণগী ওইনা হাঙ্গৈ। দক্ষিণ ভারততা মাদুগী সংকীর্তন তৌবদা ঘঙ্গোম চাইনৈ হৌনৈ, মাদুবু নিবন্ধ- কারসীংনা হাঙ্গৈ,— শ্রীকৃষ্ণগী জাতকর্ম্মদা লাকপা গোপ গোপীসীংনা ঘঙ্গোম চাইনৈ,

হাপ্পা যজোম অফম্বদা য়াইঙং মকুপ, কর্পূরনাচিংবা মঙ্গল দ্রব্য হাপলগা উনা মথন মঙানা লুপতুনা কীর্ত্তন তৌরবা পুম্বব অমসু ভাবুক পুম্ববুসু কোক্তা থিক্কনি, অহগা চকুবু— কীর্তন মণ্ডলী ময়াইদা থুগাইগনি।

মাসুম তৌহুনা ধূমেল হৌরগা মূলসংকীর্তন তৌহুনা অহিং চুপ্পা জাগরণ তৌই। অহগা অয়ুক সুংথিন চুপ্পা কীর্ত্তন তৌরগা সায়ংদা চৌদ্দ মাদল ( পুং ১৪ ) য়ৈহুনা ধুমেল অমোকহন্না তৌহুনা সংকীর্তন মহাযজ্ঞবু সাঙ্গ তৌই।

মাহুগী মতুংদা গৌড়ীয় সম্প্রদায়গী চৎনবী মতুংইন্না ধ্বনি লাওহুনা নাম থিঙ্গৎলি, মাহুদি অসিনি;—

## অথ সংকীর্তনান্তে জয়ধ্বনিঃ।

কহত সন্ত সাধো! মধুর-রস-বাণী হরে হরে।

১। শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভু।
২। " নিত্যানন্দ মহাপ্রভু।
৩। " অদ্বৈত প্রভু।
৪। " গদাধর ঠাকুর।
৫। " বাসাচার্য ঠাকুর।
৬। " অষ্ট মহান্ত।
৭। " দ্বাদশ গোপাল।
৮। " ছয় গোষাই।
৯। " চৌষষ্টি মহান্ত।
১০। " সমস্ত গৌরবাসী।
১১। " নীলাচল।
১২। " জগন্নাথ দেব।
১৩। " বলভদ্র সুভদ্রা।
১৪। " সমস্ত ক্ষেত্রবাসী।
১৫। " দ্বারকাপুর।
১৬। " দ্বারকা নাথ।
১৭। শ্রীসমস্ত দ্বারকাবাসী।
১৮। " কুরুক্ষেত্র গয়াগঙ্গা।
১৯। " বদরিকাশ্রম।
২০। " নৈমিষারণ্য।
২১। " বদরি নারায়ণ।
২২। " হরিদ্বার নাথ।
২৩। " অযোধ্যাপুর।
২৪। " অযোধ্যা নাথ।
২৫। " সমস্ত অযোধ্যাবাসী।
২৬। " কাশীধাম।
২৭। " কাশীনাথ।
২৮। " সমস্ত কাশীবাসী।
২৯। " মথুরা মণ্ডল।
৩০। " মথুরানাথ।
৩১। " সমস্ত মথুরাবাসী।
৩২। " রাধাকুণ্ড শ্যামকুণ্ড।

---

তৈনৈ, অসুমনা শ্রীভাগবতনা হাঙ্গৈ; মাহুদগী তম্বনি। অহুদগী সংকীর্ত্তনদা মথং মথং তৌহৌবনি। মণিপুরগী সংকীর্তন অমসু রাস অসিগুম্বা কুইরবদা সুপ্রাচীনত্ব অমসু— পূর্ণাঙ্গ ওইবদা তাইবংদা অনি সুদবনি, হাঙ্গৈবা অসি ঐথোইনা নিংথিনা হাঙ্গৈবা ওমই। অসিগুম্বা ( দধি-মঙ্গল ) অসি মফম অতৈদা তৌদে।

৩৩। শ্রীগিরি গোবর্দ্ধন।
৩৪। " মানসী গঙ্গা।
৩৫। " বৃন্দা ঠাকুরাণী।
৩৬। " বৃষভানুপুর।
৩৭। " যাবট গ্রাম।
৩৮। " নন্দগ্রাম।
৩৯। " বৃন্দাবন।
৪০। " বৃন্দাবনচন্দ্র।
৪১। " মণিমন্দির।
৪২। " রাধাগোবিন্দ।
৪৩। " রাধামদনমোহন।
৪৪। " রাধা গোপীনাথ।
৪৫। " রাধা দামোদর।
৪৬। " রাধারমণ।
৪৭। " রাধা শ্যামসুন্দর।
৪৮। " রাধা বিনোদলাল।
৪৯। " রাধামাধব।
৫০। " রাধারঙ্গমোহন।
৫১। " রাধা গিরিধারী।
৫২। " রাধা নটবর।
৫৩। " রাধা বল্লভ।
৫৪। " রাধা মুরলীমনোহর।
৫৫। " রাধা বংশীধারী।
৫৬। " রাধা ব্রজবিহারী।
৫৭। " রাধা ব্রজবিহারী।
৫৮। " রাধা বঙ্কবিহারী।
৫৯। " রাধা কুঞ্জবিহারী।
৬০। " রাধা নিকুঞ্জবিহারী।
৬১। " রাধা যুগোলকিশোর।
৬২। " রাধা মনোহর।
৬৩। " রাধা মদনগোপাল
৬৫। শ্রীকেশীঘাট।
৬৬। " যমুনামাতাজী।
৬৭। " ধীর সমীর।
৬৮। " বংশীবট।
৬৯। " গোপেশ্বর।
৭০। " রাসমণ্ডল।
৭১। " নিধুবন।
৭২। " নিভৃত নিকুঞ্জ।
৭৩। " অষ্ট সখী।
৭৪। " ভগবতী পৌর্ণমাসী।
৭৫। " ব্রজ বৈষ্ণব।
৭৬। " সমস্ত ব্রজবাসী।
৭৭। " হরিধ্বনি সংকীর্ত্তন।
৭৮। " চারি ধাম।
৭৯। " চারি সম্প্রদায়।
৮০। " গুরুগোষাঞি।
৮১। " গুরু-কৃষ্ণ-বৈষ্ণব।
৮২। " অনন্ত কোটী বৈষ্ণব।
৮৩। " আপন আপন গুরু।
৮৪। " গোবিন্দ (ফের বল)।
৮৫। " কৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভু।
৮৬। " লোকনাথ গোষাঞি।
৮৭। " নরোত্তম ঠাকুর মহাশয়।
৮৮। " গঙ্গানারায়ণ চক্রবর্ত্তীঠাকুর।
৮৯। " কৃষ্ণচরণ চক্রবর্ত্তী ঠাকুর।
৯০। " নিধিরাম আচার্য্যঠাকুর।
৯১। " কুঞ্জবিহারী ঠাকুর।
৯২। " রামগোপাল বৈরাগী ঠাকুর।
৯৩। " গৃহস্থ বৈষ্ণব।
৯৪। " যাবটগ্রামবাসিনী।
৯৫। " গুরুপদাশ্রয়।

৬৫। শ্রীরাধামোহন। ৯৬। শ্রীঅমুক নাম মঞ্জরী।

শ্রীবৃন্দাবন প্রাপ্তি বল প্রেমসে কহ শ্রীরাধাকৃষ্ণ বল প্রভু নিত্যাই চৈতন্যাদ্বৈত শ্রীরাধারাণী কহত সন্ত সাধো মধুররস বাণী হরে হরে।

—।—

# কীর্ত্তন অচৌবা।

(অহোরাত্রব্যাপি শ্রীহরি-মহাসংকীর্তনম্)

——o——

৺ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা হৌদোক্লম্বা ধুমেনগা লোইনবা কীর্তনগী হৌনবী, মণিপুরদা শ্রীশ্রী৺গোবিন্দগী কংলম্বা মাতুদা শিষ্টসীংনা চংনরকপা মথৈ থৈনা থংহৌবা থরদং হাঙৈরি।—

## বার্তোন হোবা।

বিজয় হুমনি রাংশিঙেদা বার্তোন হৌগদবনি। ঘট অহুম, ময়াইথংব ঘটতা— শ্রীশ্রী৺কৃষ্ণচৈতন্য, এন্তা শ্রীনিত্যানন্দ, ওইদা শ্রীঅদ্বৈতবু থুরুমগনি। অদুগা পরশুদা সংকীর্তন তৌগদবগী দমক বার্তোন কংকনি, অদুগা শ্রীশ্রী৺রাধাগোবিন্দদা বার্তোন কংলগা কীর্তনগী দমক ভাবুক পুম্বাবু খোম্না বার্তোন তৌগদবনি। শ্রীরাধাগোবিন্দদা বার্তোন কংনবা পুতুনা চংপ কীর্তন-কর্তা। মুবী অমগী মথক্তা খোংনা নেংলগা চংনরকই।

## অধিবাস হৌবা।

অধিবাস হুমিক্তা মুংথিনদা ফিরান (১) কংকনি। অহানবদা মণ্ডলী পুজা তৌগনি, মণ্ডলী ময়াইদা ঘট স্থাপন তৌগনি. মাতুদা পুজা তৌগনি। লাগী মথক্তা ফি অমা থাগনি,—আসননি। মাতুগী মথক্তা ময়াইদা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য, সন্ধোংদা শ্রীনিত্যানন্দ, মৈরমদা অদ্বৈত, চাঊখোংদা শ্রীগদাধর, কোক্রুদা শ্রীবাসনাচিংববু পুজা তৌগনি। মাংম তৌদুনা মাণ্ডপকী চিথেক মরিদা ঘট মরি থাগনি, মণ্ডলী পুজাদা তৌবগুম্না

---

(১) কীর্তনদা বিঘ্ন লৈতনবগী দমক ফিরান পুজা তৌবনি। মাসিগী মরমদি নাট্যবেদদা হাঙৈ:—ফিরান পুজা তৌববু "জর্জর পুজা" অহুম্না হাঙৈনৈ। মহাক্তি ইন্দ্রবু পেনহনবনি, ইন্দ্রনা বজ্র প্যাইদুনা কীর্তন কাইদনবা ঙাক্তদবনি। অহুমনা নাট্যবেদনা হাঙৈ। কীর্তন পুজাদা তৌরিবা পুমনমক অসি নাট্যবেদদা লোইনা লৈ, মাতুগী মহুৎ ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা বৈষ্ণবকী দমক হোংদোক্লম্বা— মাদু ওইনা শিষ্টগী আচার ঙাকতুনা—থৈখোইনা ইনবনি। মরম অসিনা বেদনা হাঙৈবা মন্ত্র অমসু দেবতা পুমনমক্কী মহুত্তা পঞ্চরাত্রনাচিংবা বৈষ্ণব শাস্ত্রনা হাঙৈবনা ঙমনা শিল্লে হাঙৈনা থংনগনি।

পূজা তৌগনি। অতুগী মথংদা ভাণ্ডারীষরদা ঘট স্থাপন তৌদুনা পূজা তৌগনি। অতুগী মথংদা সংকার্তন তৌকমদা কি দা থাদুনা মাদুদা পুং করতাল থমদুনা ঘটতা পূজা তৌগনি।

## পূজা প্রয়োগ।

অহানবদা শ্রীগুরুবু ধ্যান তৌগনি,—

কৃপাময় বদান্বিত পাদপঙ্কজং শ্বেতাম্বরং গৌররুচিং সনাতনম্।

সন্তং সুমাল্যাভরণং গুণালয়ং স্মরামি সদ্ভক্তিময়ং গুরুং হরিম্॥

অতুগী মতুংদা মথাদা হাঙ্গৈরিবা বাহৈসীং,— "শ্রীপরম গুরুভ্যো নমঃ। শ্রীপরাৎপর গুরুভ্যো নমঃ। শ্রীপরমেষ্ঠি গুরুভ্যো নমঃ।" অসি হায়দুনা থুরুম্লগা শ্রীগুরুগী চরণদা শরণাগতি প্রার্থনা তৌগনি;— "ত্রায়স্ব ভোঃ জগন্নাথ গুরো সংসারবহ্নিনা দগ্ধং মাং কামদষ্টঞ্চ ত্বামহং শরণং গতঃ।" (১) মাতুগী শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভুবু আবাহন— তৌগনি,—আগচ্ছ ভগবন্কৃষ্ণ রাধাভাব সমন্বিত। সংকীর্ত্তন প্রমুখার্থং আসনেত্বং স্থিরীভব। এতৎ পাদ্যং ক্লীঁ গৌরাঙ্গায় স্বাহা। ইদমাচমনীয়মিদমনুলেপনমিদং পুনরাচমনীয়ং এতা নিতে গন্ধ পুষ্প ধূপ দীপনৈবেদ্যাচমনীয় তাম্বুল মাল্যাদীনি ক্লীঁ গৌরাঙ্গায় স্বাহা। মাসি হাঙ্গৈদুনা মপুম তিংনা কৎকনি, অতুগা গৌরাঙ্গ প্রার্থনা তৌগনি।

১ শ্রীগৌরাঙ্গবু—পঞ্চতত্ত্বাত্মকং কৃষ্ণং ভক্তরূপং স্বরূপকং।
ভক্তাবতারং ভক্তাখ্যং নমামি ভক্ত শক্তিকং॥

২ শ্রীনিত্যানন্দবু—হারায়পণ্ডিত-তনুজকৃপাসমুদ্রে পদ্মাবতীতনয় তীর্থপদারবিন্দ। ত্বংপ্রেমকল্পতরুবর্তি হরাবতার মাং পাহি পাগরমমাথমনন্যমন্দং॥

৩ শ্রীমদদ্বৈতবু—যেন হরিরীশ্বরং প্রকটয়ঞ্চক্রে কলৌ রাধাপ্রেম্না যেন মহেশ্বরেণ। সকলং প্রেমাম্বুধৌ প্লাবিতংবিশ্বং বিশ্বপ্রকাশকীর্ত্তিমতুলং তং

---

(১) পূজাগী হৌগৎপদা সংকল্প তৌগে হাঙ্গৈরবদি মাসুম্না তৌনৈ, মাদুদি— "ওঁ বিষ্ণুঃ ওঁ তৎ সৎ, ওঁ বিষ্ণুঃ ওঁ বিষ্ণুঃ ওঁ বিষ্ণুঃ তৎ সৎ, সিদ্ধিঃ সূর্য্য সোমঃ যমঃ কালঃ সন্ধ্যা ভূতান্যহঃ ক্ষপা পবনঃ দিকপতিঃ ভূমিঃ আকাশঃ খচরামরাঃ পুণ্যাহং পুণ্যকর্ম্মাহঃ ব্রহ্মাদৌচ শুভে স্থিতে ব্রাহ্ম্যা শাসনমাস্থায় কল্পয়ামীহ সন্নিধিং; ওঁ অমুকমাসে অমুক পক্ষে অমুক তিথৌ, অমুক গোত্রঃ শ্রীঅমুক দেব শর্ম্মা, শ্রীমদ্রাধাগোবিন্দ পাদাব্জসেবাধ্যক্ষং প্রাপ্ত্যর্থ শ্রীহরের্মহাসঙ্কীর্ত্তন কর্ম্মনি শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদাসানুদাস ভক্তিসেবা প্রাপ্ত্যার্থং শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য দি পূজন্ কর্ম্মাহং করিষ্যে ইতি সংকল্পং।

দীনবন্ধুং প্রভুমদ্বৈতং সততং নমামি হরিণাদ্বৈতং হি সর্ব্বার্থদম্ ॥

৪ শ্রীগদাধরবু—হে গদাধর দয়াসরিতাংপতিস্ত্বং প্রেম্নাবশীকৃতা শচীতনয় বিভুশ্চ। পদ্মাবতীতনয় এব তথা বশীকৃতং কিন্তেবরামি ময়ি পামরকে কৃপায়ে ॥

৫ শ্রীবাসনাচিংবদা—হে শ্রীবাসাদয় ইহকৃপামূর্তয়ঃ গৌরকৃষ্ণ প্রেমাম্বুধে ! সুরবিটপিনঃ শান্ত সৌম্য স্বভাবাঃ দীনোদ্ধারে প্রবলনিলয়াঃ। প্রেমদা যূয়মেব তস্মাদজ্ঞং স্বপদরজসা পাপিনং মাং পুনন্তু ॥

মাস্তম তৌহুনা পঞ্চতত্ত্ব পূজা, প্রণাম তৌরগা মথাদা হ.ঈরিবা পুস্বব্ খুরুমগনি।

শ্রীহরের্ম্মহাসঙ্কীর্ত্তনেভ্যো নমঃ। শ্রীঅষ্ট মহদ্ভ্যো নমঃ। শ্রীদ্বাদশ মহদ্ভ্যো নমঃ। শ্রীষড়গোস্বামিভ্যো নমঃ। শ্রীচতুঃষষ্ঠীভ্যো নমঃ। শ্রীগৌরভক্তবৃন্দেভ্যো নমঃ। শ্রীসপ্তসম্প্রদায়েভ্যো নমঃ। শ্রীচতুর্দ্দশ মার্দলেভ্যো নমঃ। শ্রীকরতালেভ্যো নমঃ। শ্রীশঙ্খায় নমঃ। শ্রীঘণ্টায়ৈ নমঃ। শ্রীগঙ্গাদি সর্ব্ব, তীর্থেভ্যো নমঃ। শ্রীনন্দাদিভ্যো নমঃ। শ্রীবিশ্বক্সেনায় নমঃ। শ্রীসনকায় নমঃ। শ্রীসনাতনায় নমঃ। শ্রীসনন্দনায় নমঃ। শ্রীসনৎকুমারায় নমঃ। শ্রীকবয়ে নমঃ। শ্রীহবিসে নমঃ। শ্রীঅন্তরীক্ষায় নমঃ। শ্রীপিপ্‌লায় নমঃ। শ্রীআবির্হোত্রায় নমঃ। শ্রীভূমিনায় নমঃ। শ্রীচমসায় নমঃ। শ্রীকরভাজনায় নমঃ। শ্রীনারদায় নমঃ। শ্রীকপিলায় নমঃ। শ্রীবলিয়ে নমঃ। শ্রীভীষ্মায় নমঃ। শ্রীপ্রহ্লাদায় নমঃ। শ্রীহনুমতে নমঃ। শ্রীঅম্বরীষায় নমঃ। শ্রীজনকায় নমঃ। শ্রীস্বায়ম্ভুবায় নমঃ। শ্রীবেদব্যাসায় নমঃ। শ্রীযুধিষ্ঠিরায় নমঃ। শ্রীভীমায় নমঃ। শ্রীঅর্জ্জুনায় নমঃ। শ্রীনকুলায় নমঃ। শ্রীসহদেবায় নমঃ। শ্রীপরীক্ষিতে নমঃ। শ্রীবিভীষণায় নমঃ। শ্রীপৌর্ণমাস্যৈ নমঃ। শ্রীমহালক্ষ্মৈ নমঃ। শ্রীসরস্বত্যৈ নমঃ। শ্রীগোপ্যৈ নমঃ। শ্রীবৃন্দায়ৈ নমঃ। শ্রীগায়ত্র্যৈ নমঃ। শ্রীতুলস্যৈ নমঃ। শ্রীপৃথিব্যৈ নমঃ। শ্রীযশোদায়ৈ নমঃ। শ্রীদেবহুত্যৈ নমঃ। শ্রীদেবক্যৈ নমঃ। শ্রীরোহিণ্যৈ নমঃ। শ্রীসীতায়ৈ নমঃ। শ্রীদ্রৌপদ্যৈ নমঃ। শ্রীকুন্ত্যৈ নমঃ। শ্রীরুক্মিণ্যৈ নমঃ। শ্রীসত্যভামায়ৈ নমঃ। শ্রীজাম্ববত্যৈ নমঃ। শ্রীভদ্রায়ৈ নমঃ। শ্রীমিত্রবৃন্দায়ৈ নমঃ।

শ্রীদাম, সুদাম, স্তোককৃষ্ণ, সুবল, বসুদাম, মহাবাহু, অর্জ্জুন, মহাবল, সুবাহু, গন্ধর্ব্ব, মধুমঙ্গল, নন্দ, উপনন্দ, সুনন্দ, মহানন্দ, শুভানন্দ, প্রাণানন্দ,

সদানন্দাদিভ্যো নমঃ।" মাঙ্গম তৌদুনা পূজা তৌগনি, অদুগা মথংদা— সিদ্ধদেহনা শ্রীবৃন্দাবনদা পূজা তৌগনি। অহানবদা শ্রীগুরুরূপা সখীবু ধ্যান তৌদুনা মখাদা ইরিবা অসি হাঙৈগনি,—

শ্রীরাধা সম্মুখ সংশক্তিং সখীসঙ্গনিবাসিনীং।
তামহং সততং বন্দে গুরুরূপাং সখীম্॥

অতুগী মতুংদা শ্রীকৃষ্ণবু ধ্যান তৌদুনা মখাদা হাঙৈরিবা অসি হাঙৈয়ু,—

কস্তুরীতিলকং ললাটপটলে বক্ষঃস্থলে কৌস্তুভং,
নাসাগ্রেগজমৌক্তিকং করতলে বেণুং করে কঙ্কনম্।
সর্ব্বাঙ্গে হরিচন্দনং সুললিতং কণ্ঠে চ মুক্তাবলীম্,
গোপস্ত্রী পরিবেষ্টিতো বিজয়তে গোপালচূড়ামণিঃ॥

অদুগা মখাদা হাঙৈরিবা শ্রীমদ্ভাগবতনা হাঙৈ,—পদ্য অনি অসি হাঙৈদুনা খুরুমগনি,—

ধ্যেয়ং সদা পরিভবঘ্নমভীষ্টদোহং তীর্থাস্পদং শিববিরিঞ্চিনূতং শরণ্যং।
ভৃত্যার্ত্তিহং প্রণতপাল ভবাব্ধিপোতং বন্দে মহাপুরুষ তে চরণারবিন্দম্।
ত্যক্ত্বা সুদুস্ত্যজ সুরেপ্সিত রাজ্যলক্ষ্মীং ধর্ম্মিষ্ঠআর্যবচসা যদগাদরণ্যং॥
মায়ামৃগং দয়িতয়েপ্সিতমন্বধাবৎ বন্দে মহাপুরুষ তে চরণারবিন্দম॥

## পুরাণোক্ত কীর্তন-বিধি।

অগ্নি পুরাণদা শ্রীকৃষ্ণজন্মাষ্টমীদা শ্রীকৃষ্ণগী পূজাগী ৱাএন তাকলগা অহিং চুপ্পা কীর্ত্তন তৌনবগী দমক কীর্ত্তনগী ৱাএন কয়ামুক তাকই, মাদুদি—

ইত্যেবং পূজয়িত্বা তু পুরুষসূক্তৈঃ সবৈষ্ণবৈঃ।
স্তুত্বা বাদিত্র নির্ঘোষৈঃ গীতবাদিত্র মঙ্গলৈঃ॥
সুকথাভিবিচিত্রাভিস্তথা প্রেক্ষণকৈরপি।

পূর্ব্বেতিহাসৈ পৌরাণৈঃ ক্ষিপেত্তাং সর্ব্বরীং নৃপ ॥

মাস্কুম তৌদুনা শ্রীকৃষ্ণবু পূজা তৌরগা বিষ্ণুসূক্তগা লোইনবা পুরুষ-সূক্তনা স্তুতি তৌরগা পুঙগী খোঙ্গেল ময়াম্না, ঈশৈ; পুঙ, মঙ্গল খিবিক তৌদুনা ফজরবা কাব্যকথা খিবিক ছকতুনা, জগোই শাবনাচিংবা তৌদুনা, মমাংঙৈদা তৌখরবা পুরাণগী ৱারী তাদুনা, ছক শোন্দুনা অহিং অদু জাগরণ তৌদুনা লেনগনি ৷

পুরাণগী ৱাফম অসিগী তাৎপর্য্যদি,—অহানবদা বেদগী মন্ত্রনা লৈসি-লৈথোমগনি, ময়াইদা কবিনা লেংবা লৈপাক অদুগী জাতিগী ভাষানা লেংবনা ছক শোন্দুনা শ্রীকৃষ্ণবু পেনহনগনি, অরোইবদা শ্রীভাগবতনাচিংবা পুরাণগী মরোননা ছক শোন্দুনা ঈশ্বরবু পেনহনগনি, অমুম্না তাকই।

শাস্ত্রকারসীংনা হাই,—বেদগী মন্ত্রনা শ্রীকৃষ্ণবু লৈসি লৈথোনবদি ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয় অমসু বৈশ্যতনা য়াই, নুপী অমসু শূদ্রদি য়াদে। অদুনা নুপীগা শূদ্রগদি বেদগী মন্ত্র য়াওদনা সুপনগী মা মাগী মরোনদা কবিসীংনা লেংবা ছক্কনি, শ্রীভাগবতনাচিংবা পুরাণগী ৱাহৈ সংস্কৃততা লেংবদি অরোইবদা—কোন্না ছক্কনি, অমুম্না খংনগনি। অদুনদি ময়েক্না তারে,— বেদগী মন্ত্রসু নত্তবা, শ্রীভাগবতনাচিংবা পুরাণগীসু নত্তবা, মাখোইগী মরোনসু নত্তবা,—বাঙ্গালী কবিসীংনা বাঙ্গালাদা লেংবা কথাদি মিতৈনা ছক্কবগী দমক পুরাণ-নাচিংবা শাস্ত্রগী ৱাএন লৈতে। অদুবু ইপানা, ইপুনা তৌনরকপা ওইবনা ঐখোইনা ছৃজিক তৌবা অসি ঐখোইনা য়াদবা ওইনা লৌদে। মরম অসিনা ঐখোইগী নিংথৌ স্বর্গীয় চূড়াচাঁদ সিংহনা মিতৈরোনদা সংকীর্ত্তন তৌবা অসি হৌদোক্লম্বা অসিনা নিংথোরেণ অসিগী ঐখোইনা লমন তোল্লবনি। মাদুদা অহানবা ছক শোনখিবাসীং অদুবুসু ঐখোইনা ধন্যবাদ তৌরি। মাসিদা মনুগী ৱাহৈ অসিমাসু ঐখোইনা নিংশিংদবা ওমদে, মাদুদি,—

যেনৈব পিতরো যাতা যেন যাতা পিতামহাঃ।
তেন যায়াৎ সতাং মার্গং তেন গচ্ছন্নরিষ্যতে ॥

মাস্কুম তৌদুনা শ্রীমদ্ভাগবত দশমস্কন্ধদা ইবেমা রুক্মিনীগী অনঙ্গলেখা পুরকপা ব্রাহ্মণদা শ্রীকৃষ্ণনা হাঙৈবা ৱাফম অমসু লৈ-

কচ্চিদ্দ্বিজবরশ্রেষ্ঠ ধর্ম্মস্তে বৃদ্ধসম্মতঃ।
বর্ততে নাতি কৃচ্ছ্রেণ সন্তুষ্টমনসঃ সদা ॥
(শ্রীভাগবতম্ ১০।৫২।৩০)

হে ব্রাহ্মণ অথোইবা! নহাকপু য়াম্না লাইনা তান্দুনা ফংবনা মরম ওইনা পুকনিং পেন্দুনা থাইনগী অহন লমন্না তৌনরকপা ধর্ম্ম কাঙ্গদনা চৎলিবরা? হাঙ্গীবদি মাদুনি কৃষ্ণ ঐনা পাম্বদি।

মাসিদা কনাগুম্বনা মাসুম্না চিংনবা য়াওই, মাদুদি,— ইপানা ইপুনা তৌনরক্লবনিনা ফরে, মিতৈনা গৌড়ীয়ধর্ম্ম চৎপা অহানবদা তৌখিবাসীং অদুদি ইপানা ইপুনা চৎলকপা নত্তবনিনা, ময়াং বাঙ্গালীদগী তম্বনিনা মাখোইগীদি দোষ ওইরোইদ্রা? অসুম্না চিংনবা য়াদে। মরমদি—হৌজিক ফাউবা মিতৈনা তৌরিবা কীর্ত্তন অসিদি মিতৈ জাতিনা অনাদি কালদগীনা ইপানা, ইপূনা তৌরকপদগী করিগুম্বা অমত্তা হোংদোক্তে, সুপ্নগী মমিংত্তা হোংদোকপনি। মরম অসিনা মিতৈগী কীর্ত্তন অসুম্না ,তৌবা জাতি অমসু লম অমত্তা লৈতে। গৌরদেশনাচিংবদা মিতৈগী কীর্ত্তনদা য়াওবা অঙ্গ খরা উই, মাদুসু মাখোইগী ইতিহাসদা মিতৈদগী তম্বনি, হাঙ্গী। মরমদি—তাইবং শেম্বা অহানবদা মিতৈ লৈপাক অসিদা নুমিৎনা ইখৱাইদগী ইহান হান্না থোকখি, অসুম্না অনাদি—বেদনা হাঙ্গী। মাদুবু বৈজ্ঞানিক ভিত্তিদা এ'লবসু সংসংনা উবা ঙমই। অসি-গুম্বা বেদগী ৱাফম অসি বাল্মীকি অমসু কৃষ্ণদ্বৈপায়ন বেদব্যাসনা রামায়ণ অমসু মহাভারত্তা সংসংনা তাকই। মাদুদা হাঙ্গী,—ধর্ম্ম পুন্নমক মণিপুরদা হৌরগা অতোপ্পা মফমদা কোন্না সন্দোকখিবনি। (মহাভারত, ভগবদযান, সন্ধিপর্ব্ব, অধ্যায় ১০৮, অসিনাচিংবা)

মথক্তা হাঙ্গীরিবা ৱাফম অসি সঙ্কীর্ত্তনতগী মরমতদা খজিক্তং খুদম উৎ-তুনা প্রমাণ তৌবা য়াই, মাহৃদি,— কীর্ত্তন তৌনবা মাগুপ ময়াইদা লা অমগী মথক্তা ফি অমা থাগনি। মাদুদি হৈরুক, পানা, ধূপ, দীপনাচিংবনা পূজা তৌগনি, অদুগা পালা কোঙ্গগনি। মাদুদা ধূপ, দীপ, লৈচন্দননাচিংবনা—নিরাজন—মাদু হাঙ্গীদ্রগা আরতি তৌগনি। পালা হৌগত্তুনা কীর্ত্তন হৌগনি, মাদুদা মোইবুং খোংগনি। কীর্ত্তন অচৌবা তৌবদদি ব্রাহ্মণসীংনা দী(পা)স্তুতি পাইহনা মাগুপ চিথেক মরিদা চৈসীং অদু চিল্লোক্লদুনা মেক্রুক্লচিংবনা মৈদা

হোম তৌগনি, অদুগা লৈ, কবোক অফাবনা চাইগনি। পুঙগী, করতালগী অমসু ঈশৈগী অহানবা হৌগৎপাবু মিতৈয়োনদা রাগ হৌবা কৌই। রাগ হৌবা লোইরগা তিন্দাল ছকতুনা ফমগনি। মথংদা হৌগৎলগা এৎলোইননা কোঈগনি। অদুগা করতালগা পুঙগা তিন্নহন্দুনা ঈশৈ হনবনা পুঙয়েবা অমসু দোহারগা খুরুম্নগনি, অদুগা মেল ছককনি। মেল হৌগৎপদা পালা পুন্না ওইওইননা মণ্ডলীদা চৎতুনা রঙ্গপীঠ পরিক্রমণ তৌগনি, অদুগা মেল য়ৈগনি। মাসুমনা মেল য়ৈবনাচিংবদা চলন তৌবদা ওইওইননা কোঈগনি, গৌড়ীয় সম্প্রদায়নাচিংবনা তৌবগুমনা করিগুম্বদসু য়েৎলোইননা চৎলোই। মেলগী মথংদা তালচপ তৌগনি। মথক্কী ক্রম অসিবু মিতৈনা সংকীর্ত্তন তৌবা কৌই।

মিতৈগী কীর্ত্তনদা তৌবা থাএন অসি মিতৈ নত্তবা জাতিনা, মণিপুর নত্তবা—লৈপাকতা, গৌড়দেশ, বৃন্দাবননাচিংবদসু তৌদে। গৌড়ীয় সম্প্রদায়নাচিংবনা হুজিকত্তি মিতৈদগীসু থরা থরা তম্নখিবসু য়াওরম্নগনি; হাঙ্গনা অহুমান তৌই। খুদমগীদমক হাঈরবদা সংকীর্ত্তনদা মিতৈনা নিরাজন তৌবা অসি গৌড়ীয় সম্প্রদায়না মিতৈবু থাগৎলি। থাফম অসি খগেন্দ্রনাথ মিত্রনা মহাকক্কী "কীর্ত্তন" (পৃঃ ২৪) দা হাঈরমই।

মিতৈনা গৌড়ীয়ধর্ম্মদা দীক্ষা তৌরবা মতমদা তৌবা সংকীর্ত্তনগী থাএন পুম্নমক অসি গৌড়ীয় সম্প্রদায়নাচিংবা ভারতীয় সম্প্রদায় অমদগী লোবা অমত্তা য়াওদে, সুপ্পগী মিতৈনা মণিপুরতদা মহৌশানা তৌরকপা ওাক্কনি। মাদুগী মরুদি বেদনাচিংবা প্রাচীন শাস্ত্রদা ওয়া লৈরম্বা পণ্ডিতসীংনা উগনি।

হরাওফম ময়াইদা লা থারগা মথক্তা ফি অমা থাই। মাদুদা শ্বরারেণ, থাঙচীঙ, থাংবরেণ, মার্জিং অমসু কোবরেণ লাই মঙাবু—ময়াই, সক্ষোং, মৈরম, চীঙ্খৈ অমসু কোক্রু পাংবদা অমাইবীনা মথুত্তা লাংথৈরে এপতুনা খুরুম্নগা হৈ, লৈ কৎতুনা লাৎলি। অদুগা লাই চিংথোকপা জগোই সাই। অদুগা ওইয়োইননা হরাওফমু কোঈদুনা—হাঈথরবা লাইসীং অদুবু মা মাগী মাইকৈদা ওন্দুনা খুরুমই। অদুগা মণ্ডলীদা কোঈদুনা লাইপৌ জগোই সাই। অমাইবীনা হরাওবদা জগোই সারিবা অসিদি লাইবু—পেনহন্নবগী দমক ঈড়াৎপনি। অদুনা অমাইবীনা সেৎপা ফিজেৎ অদু ধর্ম্মশাস্ত্রনা হাঈবা ধর্ম্মদা তৌবা হৌনবা ফিজেৎ সেৎলি। মাখোইনা লাইমাংদা জগোই সারিঙৈদা—লাইমাংদা তুবৎ চৎপা য়াদে, লাইপৌ জগোই সারিঙৈদা অএংবা কাংবুনা লেংওৎপা য়াদে।

মাইবীনা হরাওবদা তৌরিবা পুন্না নাট্যবেদদা ওয়া য়াওই। পুজা অদুবু "জর্জর পুজা" কৌই। মাইবীনা সেৎপা ফিজেৎ অদু ধর্ম্মশাস্ত্রনা তাকপা, ধর্ম্ম তৌবদা সেত্তবা য়াদবা ফিজেৎনি। মাখোইনা রঙ্গপীঠ পরিক্রমণদা ওইয়োইননা কোঈবা অদুসু মণিপুরদদি মাদুম্না তৌগনি, হাঈদুনা শাস্ত্রনা তাকপনি। অদুগা জগোই সারিঙৈদা জগোইসাবগা

লাইগা অনিগী মরক্তা চৎপ্পা য়াদবা অদুসু জগোইগী; লাইরক্তা হাঙ্গবা অদু হরিভক্তি বিলাসনা লৌথৎতুনা বৈষ্ণবনা তৌবা য়াদবনি, হাঙ্গনা তাকই। মাসুম তৌদুনা— মিতৈগী কীর্ত্তন তৌরিবা পুম্নমক অসি, মাখোইগী হান্না তৌবদগী লৌদুনা তৌবা ঙাক্তনি। মাদু পুমনমক অদু বেদনাচিংবা প্রাচীন গ্রন্থগী য়াএন ঙাক্তনি, অসুমনা থংনগনি।

মিতৈগী কীর্ত্তনদা মোইবুং খোংই, মাসিসু শাস্ত্রদগী লৌদুনা খোংবা নত্তে। হান্ননা মিতৈনা মোইবুং খোংলকই, অসুমনা মিতৈগী প্রাচীন সাহিত্যদা য়াওই, অদুনা মিতৈগী মোইবুং ইথবাইগা মান্নথিবা অসিন। লৌইগুম্বসু ইথবাইগী মোইবুংদগী মিতৈগী মোইবুংনা মাসুপ হেন্না ফজে হাঙ্গবা ইথবাইনা তারিবা অসিনি।

কীর্ত্তনদা দীপাহুতি তৌদুনা কবোক অফাবা চাই, মাসি মিতৈনা বিবাহদা বর-কন্যা লাকপদসু নিংথৌ লেংলকদসু তৌই- মাসি মিতৈতনা তৌই, ভারতকী অতৈ লৈপাক্তা তৌদে। মাসি মিতৈনা খৃষ্টনী মমা দগীনা হুজিক ফাউবা তৌরি, পৃথিবীগী জাতি অতৈনা তৌবদি হুজিক ফাউবা উদরি, তাদরি। পানগোইবাবু সুহানা থাবা মরানগাইদা থিনংবদা দীহুতিদা কবোক চাইতনা ওকই, হাঙ্গদুনা "পানখোইবী থঙ্গন" দা হাঙ্গ।

**মিতৈগী লেংদন্না ধর্ম্ম:—** এক, মনাঙ্গনা থুদম ওইনবা মিতৈগী ধর্ম্মদি কীর্তন তৌবতনি। কীর্তন তৌববু মিতৈনা ঈদে শকপা কৌই। মাদুদি ঈশ হাঙ্গবদি ঈশ্বরবু তাল, ছন্দঃ নাইনা ছকপা হাঙ্গবনি। পোকপদগীনা শিবা ফাউবদা তৌবা ধর্ম্ম পুম্বদা ঈশ্বরবু কীর্তন তৌই, কীর্তন লৌদবা নত্তিগুম্বা ধর্ম্ম অমত্তা লৈতে। পোক্লে ষষ্ঠীপূজা, চউম্বা, নাহুৎপা, চূড়াকরণ, লোগুণ থাংবা, লিনং— ঈশৈ ছকই। শিরে— দাহ তৌবা, পুরক-পিণ্ডদান, অস্থি সঞ্চয়ন, শ্রাদ্ধ সম্বৎসরিক শ্রাদ্ধ—ঈশৈ ছকই। পার্ব্বন, দাননাচিংবা করিগুম্বা অমত্তং তৌবদা ঈশৈ ছক্তবা লৈতে। অদুনা মিতৈগী ধর্ম্মদি ঈশৈ ছকপনি, ঈশৈ ছক্তবা করিগুম্বা ধর্ম্ম অমত্তা লৈতে

ভাগ্যচন্দ্রনা গৌড়ীয়ধর্ম্ম লৌই, মহাক্তা হান্না লাইনিংথৌ লাইরেমা হাঙ্গনা কীর্তন তৌরমই, মাদুবু রাধাকৃষ্ণ হাঙ্গনা মিংতদা হোংবনি, ঈশ্বরবু উপাসনা তৌবগী য়াএন্দি হান্নগী অদুতনি। লাইনিংথৌ লাইরেমাদি রমা কৌবী দেবীগা লোইননা শ্রীশিববু উপাসনা তৌবনি। রমাগা লোইনবা শিবদি গোলোক বৈকুণ্ঠ শিবলোকতা লৈবা সংসংবা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী বিলাস মূর্ত্তিনি, মশা অমত্তনি।

মিতৈনা করিগুম্বা মতমদা ধর্ম্ম হোংলক্তে, মতুংদসু হোংলোই। হান্নগী ধর্ম্ম থাদোকপা মিতৈনা তৌবা হোনদে, মাসি তাইবংপানবগী ইতিহাসনা মুংপা য়াদবা ময়েক্তা ইদুনা সাক্ষী ওইরি। ইতি—

---

# মিতৈনাময়াংদা গৌড়ীয়ধর্ম্ম সন্দোকপা।

## পলাশীগী লানফম।

খৃষ্টাব্দ ১৭৫৭ সুবা কুম অসি ভারতীয় জাতিগী ধর্ম্ম, সংস্কৃতি— হাঙইরগা কুন্তিগী ঐতিহাসিক পরম্পরাদা কাউবা য়াদবা কুমনি। কুম অসিদা শক্তি পরীক্ষা তৌফম পলাশীদা বাঙ্গালীনা মাইথিখি। মাতুদা মাইথিবা অদু সুপনগী বাঙ্গালীগী রাষ্ট্রশক্তিত্তা মাইথিবা নত্তে,—বাঙ্গালীগী সংস্কৃতি, বাঙ্গালীগী জীবন পুম্নগী মাইথিবনি। অদুগুম্বা মাইথিখিবা পুংফম অদুদগী তৌদুনা ইংরেজগী শাসন শক্তি, পাশ্চাত্য সংস্কৃতি অমসু খৃষ্টীয়ধর্ম্ম অহুম অসিনা মথং মথং বাঙ্গালাদেশ, মাদুম তৌদুনা ভারতবর্ষ পুম্নবু আক্রমণ তৌখি।

১। ইংরেজ শাসন শক্তিনা বাঙ্গালীগী জাতীয় স্বাধীনতা— মাগী জাতিগী মনিংতৌনা পান্দুনা হিংবা ঙমগনি হাঙইনা নিংবা অমসু বাঙ্গালীগী নীতিনা তৌবা নীচংকী পান্নমা মরম ওইদুনা বাঙ্গালীনা হিংদুনা পানবা ঙমগনি, হাঙইনা নিংববু মাংহন্দুনা বাঙ্গালীবু মাগী মপাঙ্গলনা পাইবংপানবদা মীওইনা হিংবা ঙমগনি হাঙইবা থাজহনখিদে।

২। পাশ্চাত্য সংস্কৃতি অমসু সভ্যতানা ব্যক্তি স্বাধীনতা—মী মহাককী মনিংতৌনা পানবা য়াহনবনা অমসু রাখল লৈবা মীগী মপুকনিংনা নিংববু মনিং তৌনা নিংবা য়াহন্দুনা মথক চাঙখংহনবনা বাঙ্গালী জাতিবু মাইথিবা পী।

৩। খৃষ্টধর্ম্মনা মী পুমনমকপু ইবাই ওইনা থাজহনবা অমসু ধর্ম্ম অদু চংপা মীপুমনমকপু অচৌ পিশক নাইহন্দবা, অধিকার চপ মান্নহনবা ফিদম অমা মাংঙ্গা উহন্দুনা বাঙ্গালীবু ফুক্রুৎতুনা হান্নদগী মশক অমা হোংদোকে হাঙইনা হোৎনৈ।

হাঙইথরবা অহুম অসিনা পুল্লপ তিনশিন্দুনা বাঙ্গালীবু বাঙ্গালী নত্তবা ওইহনবা, মাদুমনা ভারতীয় জাতি পুম্নবা অসিবু ভারতীয় জাতি অমা ওইহনদবা পামই! ভারতবর্ষগী "হিন্দুনা পানবা" কৌবা উপান অসিগী পাম্বীদা পানবা মশা-মরেং মনা-মশিং পুমনমক পুমহোং হোংদোকতুনা মওং অতোপ্পা অমদা সুপ্পগী পাম্বীনা ভারতবর্ষগী মহি মচুম থক্কুমা হিহনবনি।

বাঙ্গালী জাতিনা খংদতুনা—"ইংরেজগী শাসন শক্তিনে, খৃষ্টীয় ধর্ম্মনে পাশ্চাত্য সংস্কৃতিনে অহুম অসি থাদোক্লবা য়াদবা মশা অমত্তনি" হাঙইনা নিংখি। মাহুম্না খংদবা অসিদগী মাথোইনা কিদুনা মশাগী লৈফম খংখিদে। মাথোই অহুম অসিদি মশা অমত্তা ওইবা নত্তে। খৃষ্টানধর্ম্মগা পাশ্চাত্য শাসন শক্তিগা কবিগুম্বা থাদোক্লবা য়াদবা মরী অমত্তা লৈমন্নদে। থাঙ্গেশংবদি রাষ্ট্রনীতিগী বিচারনা খৃষ্টীয়ধর্ম্মগী প্রেম অমসু মৈত্রীগী বাএনবু সুমিৎচুপ্পা থিনা থিনা তৌদুনা লাক্লিবনি। ইউরোপ লৈপাক্তা বুদ্ধ, অশোক, নত্রগা— খৃষ্ট পোকপা নত্তে। খৃষ্টীয়ধর্ম্মগী দার্শনিক ভিত্তিদি য়ামদে, সুপ্পগী ধর্ম্মগী মতিকতনা

মানা চাওখৎপনি। মাদুদি ভারতকী ধর্ম্মদদি হোংদবা য়ামদবা নত্তে, অদুমদি ওইরগা খৃষ্টধর্ম্মগী প্রচারদা ভারতকী সমাজনা কিখিবা, লাংখিব', নহারোল ফাংবুনা মপৈ মপৈ মিশনারীসীংগী মতুং ইন্দুনা খৃষ্টধর্ম্মদা চোংশিনখিবা অদুদি খৃষ্টধর্ম্মগী মতিকনা নত্তে। ভারতবর্ষদা চংলকপা মতমদা খৃষ্টধর্ম্মনা তোংলকপা শাদোং পাশ্চাত্য সংস্কৃতি অমসু সভ্যতাগী মতিকননি।

খৃষ্টগী চা ১৯ গী অহানবা ততাইদা থাক্লেশংনা কৃষ্ণমোহন বন্দোপাধ্যায়, লালবিহারী দে, জ্ঞানেন্দ্রমোহন ঠাকুর, মাইকেল মধুসূদন দত্তনাচিংবা নহা—পাখংসীংনা অকনবা ভাবকী অইনবনা ভারততা কোন্না লাকপা খৃষ্টানধর্ম্মদা চোংশিনখি। মাখোইনা খোইদোক্না মঙ্গংয়ৌনা চংবা ঙমখিদে; মতম অদুদা কলিকাত্তা রাজধানী অসি ফুম নোম্বগুম নোমখি।

ভারতবর্ষদা খৃষ্টগী চা ১৮ গী ময়াইদগীনা হৌদুনা প্রাচ্য সংস্কৃতি অমসু সভ্যতাগা লোইনদুনা পাশ্চাত্য সংস্কৃতি অমসু সভ্যতাগা শোক্নুনা অনিগী সঙ্ঘর্ষ—থংনবা অমসু সমন্বয়—মান্নবা এংনবা হৌই। খৃষ্টগী ধর্ম্মনীতিগা লোইনদুনা গ্রীকদর্শন, বিজ্ঞান, রোমক ব্যবহার-বিজ্ঞান, সমর-বিজ্ঞান, মাদুমনা ঐখোইদি জাত অকবনি হাঙবা নাপনগা তিন্নদুনা খৃষ্টগী চা ১৭ অমসু চা ১৮ দা তান্দুনা ফংবা যুক্তিবাদগী মতেংনা মীওইবগী পুকনিংগী স্বাধীনতা মাংম্না ব্যক্তি স্বাতন্ত্রগী ভিত্তিদা পাশ্চাত্য সংস্কৃতি অমসু সভ্যতানা—অতোপ্পনা থুগাইবা ঙমদবা মশক ওইথি। ভারততা লাকপা খৃষ্টধর্ম্ম প্রচার তৌবা মিশনারীসীং অদু খৃষ্টভক্ত, প্রেমদা ভাওরবা, তাইবংমীন। মুক্তি ফংবা পাম্ব', শান্তিগী—দূতকী মশক নত্তে। মাখোইদি পাশ্চাত্য সংস্কৃতি অমসু সভ্যতাগী সাদোং মাদুম্না মাখোই অদুদি মিশনারী হাঙবদি প্রচারকনি।

বোঙনা থুমদুনা লৈরম্লবা বাঙ্গালাদেশতা বেদ বেদান্তগী চর্চ্চা করিগুম্বদসু কননা তৌনরমদে। ইংরেজনা লাক্লবা অমসু খৃষ্টানধর্ম্মনা থুংলরবা মতমদদি কনা অমত্তমসু ইত্তৌবু তৌনখিদরে। শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভুনা হৌদোক্লবা বৈষ্ণবধর্ম্মদি সুপ্পগী ভাবনা শাবতা ঙাইখিরমলে। শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য প্রভুনা মানবলীলা থুপখিবগা লোইননা নবদ্বীপতা শাক্তগা মোসলমানগা তান্নদুনা হরি-সংকীর্তন তৌবা য়াদরবনি। বিষ্ণুপ্রিয়া সেবিত—নদের নিমাইগী শ্রীবিগ্রহ অসিদি ভারততা ইংরেজনা থুংলদ্রিঙৈনা হান্না লৈসুং চনখরবনি।

মাসুম তৌদুনা পলাশীগী যুদ্ধক্ষেত্রদা বাঙ্গালীনা মাইথিবা কুম অসিদা মণিপুরদদি গৌরশ্যামনা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লি। মতম অদুদা মোইরাং নিংথৌগা গৌরশ্যামগনা যড়ৌ তৌদুনা ভাগ্যচন্দ্রবু হাৎনবগী দমক তেথাও নিংথৌদা "ভাগ্যচন্দ্রবু হাৎলু, মাদি নিংথৌ নত্তে" হাঙনা চিঠি পী। তেথাও নিংথৌনা শরণাগতবু হাৎপা হৌনদে, শামু য়াইসা অঙাওবা মচুম তারিবা শাবমদা থাজিল্লু, শামুবু হাৎহল্লু, মানা চুম্লগা শামুনা হাৎলোই, অসি হাঙরে। লৈপাক মীয়াম তিল্লে, ভাগ্যচন্দ্রনা মচুম তারিবা শামু য়াইশা অঙাওবগী

শরমদা মথন্তা চংতুনা থোড়ীনা শাম্নবু খুরো চনখি। মাদু উরবদা তেখাওগী নিংথৌনা 'নং নিংথৌ চান্নবনি, ঐনা মী পীগে, মরৈপাক হঞ্জিন্নবা লাম—তৌরু' অসি হায়্গনা তাকলে।

ভাগ্যচন্দ্রনা— "ঐগী লৈপাক্তা চৎতুনা ঐবু প্রজানা মুংশিরিবন্না ? এংলুখিগে, অদুগা কোম্না লান তৌগে" হায়্গরে। ভাগ্যচন্দ্রনা মণিপুরদা লাক-তুনা হাও সাতুনা চৎতুনা এংলৈ। লৈপাক্না মাবু মুংশিবা উরদুনা অমোক তেখাওদা হল্লকই। মহাকনা মণিপুরদা লান তৌগে হায়্গতুনা লাম্মী খোম্লে। মতম অদুদা মণিপুরদা গৌরশ্যাম নিংথৌ শিরে, হায়্গবা পাউ তারদুনা ভাগ্য চন্দ্রনা থোরকতুনা লান তৌদনা মণিপুরদা নিংথৌ ওই; অদুগা খৃষ্টাব্দ—১৭৫৯ দা ফম্বান তোংই।

মাসিদগী চিংনবা লৈতনা খংলে,—খৃষ্টাব্দ ১৭৫৭ তা পলাশীদা বাঙ্গালীনা মাইথিবা কুম্ম অদুদা ভাগ্যচন্দ্রনা তেখাওদা শামুদা পরীক্ষা তৌই। মথংগী চহিদা মণিপুরদা নিংথৌ ওই, মাদুগী মথংদা ফম্বান তোংই। মান্নুম তৌদুনা ভারততা মথং মথং হনথরকপগী মতুংইন্না মিতৈনা মথং মথং হেনগৎলকতুনা খৃষ্টাব্দ ১৭৭৬ তা ভাগ্যচন্দ্রগী প্রেমভক্তিনা থৌরী ওইদুনা শ্রীগোবিন্দমা—অদুডৈ দ্বাপরদা অর্জ্জুননা বভ্রুবাহনগী খুত্তা মণিপুরদা তুরবদা কুন্তী, যশোদা, দেবকী অমসু ভীম পুদুনা, গরুড় তোংদুনা মণিপুরদা লেংলকপা হিয়াঙ্গৈ থাগী শুক্লা দ্বাদশী—অয়ুকতা থুংলবা— থা, তিথি অমসু পুংফম অদুমক্তদা আবির্ভাব ওই।

ভাগ্যচন্দ্রনা মাগী মবুঙো শ্রীগোবিন্দদা সংকীর্ত্তন তৌদুনা সংকীর্ত্তন তৌবগী মশক ওইনা—রাস, মহারাস, বসন্তরাস অমসু কুঞ্জরাস কৎতুনা—শ্রীগোবিন্দবু উপাসনা তৌরমই। মাদুদা ভাগ্যচন্দ্রনা কৎপা সংকীর্ত্তন, রাস-সীং অদু মহাকনা নৌনা হৌদোকপা নত্তে, হান্নমা মিতৈনা মহৌশানা তৌ-রকপা লাইনিংথৌ লাইরমাদা তৌরম্বা অদুদা শ্রীগোবিন্দ রাসেশ্বরী হায়্গনা—হোংদোকপতনি। মাদুদি শ্রীধরস্বামীপাদনা শ্রীভাগবতকী ব্যাখ্যা হৌগৎপদা হায়্গরমই,—

মাধবো মাধবাবীশৌ সর্ব্বসিদ্ধি প্রদায়িনৌ।
বন্দে পরস্পর পরাত্মানৌ পরস্পরমতিপ্রিয়ৌ॥

অর্থদি— শ্রীগোবিন্দ রাসেশ্বরীগা লাইনিংথৌ লাইরমগা মশা হমন্তুনি। শ্রীসনাতন পাদনা বৃহদ্ ভাগবতামৃতদ, শ্রীরূপ পাদনা লঘু ভাগবতামৃতদা লাইনিংথৌ লাইরমবু গোলোক বৈকুণ্ঠদা লৈবা শিব রমানি, হায়না ব্যাখ্যা তৌই। লাইনিংথৌ লাইরমা অনিদি শ্রীকৃষ্ণগী বিলাস কৌব শ্রীমূর্ত্তিনি, কৈলাসদা লৈবা নত্তে।

মাহুম তৌডুনা বৈজ্ঞানিক ভিত্তিদা তুলনামূলক সমালোচনা তৌংদগী চিংনবা য়াওদনা সংসংনা থংলে, মাদুদি— ভারতনা হনথবা মতমদা মণিপূরনা চাওখংলি। মাংসিগী মরমদা চিংনদা মরম লৈতে। মাহুম তৌডুনা ভাগ্য-চন্দ্রনা মণিপূরবু চাওখংহল্লয়গা গৌড়দেশতা চংতুনা ভাগবতধর্ম্মবু অমোক হন্না লিঙ্খংল্লুই।

মাহুম তৌডুনা ভাগ্যচন্দ্রনা মণিপূরদা পাংল্লিডৈদা ব্রাহ্মণ মচা কোকপৈ কৌবা অমা লৈরমই। মহাকনা প্রাণদা তৌফদবা থবক য়ামনা তৌরে। ভাগ্যচন্দ্রনা পাংল্লৈদো মণিপূরদা ব্রাহ্মণদা হুপীদা দণ্ড তৌদে। মন্ত্রীসিংনা ব্রাহ্মণ অদুবু প্রাণদণ্ড ডৌবা তারডুনা মীহাৎফমদা পুখোল্লবদা নিংথৌদা— কোকপৈ অঙাং ওনবা তারে হায়না তাকখে। ভাগ্যচন্দ্রনা ওহাক্তং থল্লগা ব্রাহ্মণ হাংপা য়াদে, হায়বদা কোকপৈ লৈতরে, অঙাং ওনখরে, হায়না পাউ তাল্লরে। মাদু তাবদা ভাগ্যচন্দ্রনা ঐনা পানবা লৈপাক্তা ব্রাহ্মণবু হাংলব-নিনা, ঐদি নিংথৌ ওইররোই, হায়ডুনা খুথক অদুদা চাক চারমদনা মণিপূর থাদোকতুনা গঙ্গাদা চংখি।

ভাগ্যচন্দ্রনা নবদ্বীপ য়ৌরগা গোয়ারিগী নিংথৌদা হায়জডুনা মতমকুইনা লৈন্নুংদা ফুমথরবা নদের নিমাইবু লৌখংতুনা অমোক হন্না লিঙ্খংলমই (১)। অদুগা মুর্শিদাবাদ চংতুনা লৈরুই। মফম অদুদা নরোত্তম মহাশয় ঠাকুরগী শ্রীপাটক্ষেত্রদা লৈরুই। মফম অদুদা মন্দির সানবা গৌড়ীয়ধর্ম্মগা হিঙংনবগী দমক য়ুম সাগে হায়ডুনা মতম অদুগী ইষ্ট ইন্দিয়া কোম্পানীদা ইরন্বা চিঠি

---

(১) নদের নিমাইবু অমোকহন্না লিঙ্খংগা অসি প্রিণ্টেড কপি অমনা হায়বদি ভাগ্যচন্দ্রগী মচাইবুঙ্গো চৌরজিৎনা তৌরনি, হায়। অমসু গৌড়ীয় সম্প্রদায়গী প্রিণ্টেড ইতিহাসদাদি গৌরধর্ম্ম মুখ্যবদাগী মণিপূর নিংথৌনা লৌনা অমোক লিঙ্খংলি, হায়।

অদু হুজিক ফাউবা ভারত সরকারনা মাংহন্দনা থমদুনা লৈরি। মাস্থমনা ভাগ্যচন্দ্রনা মণিপুরদা গৌড়ীয়ধর্ম্মগা প্রাচীন মণিপুরীয় ধর্ম্মগা সমন্বয় তৌরমই, গৌড়দেশদস্থ মাংখরবা গৌড়ীয়ধর্ম্মবু মহাকনা মাংখরবদগী হিঙ্গৎহল্লমই।

ঐখোইনা গৌড়ীয় সম্প্রদায়গী ইতিহাসতা উই, মাদুদি,— ভাগ্যচন্দ্রনা মাস্থমনা অশোক হন্না লিঙ্খৎলমদ্রবদি হুজিক্কি গৌড়ীয় সম্প্রদায়দি ইতিহাসগী লামাইতদা য়াতাদুনা লৈখরগদবনি। খুদমগী দমক শ্রীমন্মহাপ্রভুনা স্বর্গারোহন ওইখরবা তুংদ, ষড়গোস্বামীসীংনা প্রভুগী তুং ইনখরবদা সুপনগী শ্রীজীবপাদদি ইকোন কেন্না শ্রীবৃন্দাবনদা লৈরমই। মতম অদুদা গৌড়দেশদগী মী চৎতুনা শ্রীজীবদা হংলুই। শ্রীজীবনা পত্র ইদুনা পীরকই। পত্রনা গৌড়দেশ য়োবা মতমদদি শ্রীজীবপাদ নোঙ্গাখরে। মহাকনা পীরকপা পত্র অদুদা চমেন্না মুৎ-থৎলগা মথক্কু "স্বকীয়া" হাঙ্গনা ই। চমেন অদু খোন্তোক্লগা মথাদা ইরম্বনা "পরকীয়া" হাঙ্গনা ইরমলে। মাদুদা শ্রীজীব পাদনা ইবা চান্নবা কদাইনো? হাঙ্গবা মশক খংবা ঙমাখদে। ঙম্না সন্দেহ তৌনখ।

মতুংদা কাইনথংদা অমোক গৌড়ীয় সম্প্রদায়গী ব্রা অচৌবা অমা—থোকখি। মতম অদুদদি অতৈ সম্প্রদায়ন গৌড়ীয় সম্প্রদায়বু আক্রমণ তৌ-বনি। গৌড়ীয় সম্প্রদায়না শ্রীরাধাকৃষ্ণ যুগলমূর্ত্তি লাৎলি, মাসি অশাস্ত্রীয়নি। শাস্ত্রনা ফোংনা শ্রীরাধাকৃষ্ণ যুগলমূর্ত্তি লাৎলু, হাঙ্গবা লৈতে। শ্রীভাগবত-তদি শ্রীরাধাবু মিং অসি ফাউবা পন্দে। শ্রুতি, স্মৃতি, পুরাণনাচিংবদা—শ্রীকৃষ্ণবু লাৎপদা রুক্মিনী সত্যভামানাচিংবগা লোইনন মন্দিরদা লাৎলু অসুম্না হাঙ্গ। গৌড়ীয় সম্প্রদায়দি শ্রীরাধাকৃষ্ণ ওইনা লাৎলি। অদুনা গৌড়ীয়—সংপ্রদায়গী ভক্তি অসিদি "উৎপাত ভক্তিনি" হাঙ্গদুনা সংপ্রদায় অতৈনা চাবদা পরেং ফম্মিন্নরুদরে।

"শ্রুতি স্মৃতি পুরাণাদি পঞ্চরাত্রবিধিংবিনা।
ঐকান্তিকীহরের্ভক্তিরুৎপাতায়ৈব কল্পতে॥"

মাসুম তৌদুনা জয়পুর গোবিন্দগা রাসেশ্বরী লৌথোকতুনা সুপনগী—গোবিন্দ ভাক্তা লাৎতুনা লৈরুরে। মতম অদুদা শ্রীরাধাকুণ্ডদা বিশ্বনাথ চক্র-বর্ত্তি পাদ লৈ। অহন ওইরদুনা জয়পুর তান্না চৎপা ঙমদরে। বলদেব বিদ্যা-ভূষণনা জয়পুর চৎতুনা বেদান্ত ব্রহ্মসূত্রগী ভাষ্য লেংতুনা জয়পুরগী পণ্ডিতসভাবু

জয় তৌতুনা জয়পুরদা গৌড়ীয় সম্প্রদায়গী ধর্ম্মনা জয় ওইখি।

ভারততা ইউরোপীয়ানসীংগী বিজয় অভিযানগী মতম অসিদা নবদ্বীপ-নাচিংবাদদি গৌড়ীয় ধর্ম্ম অসিদি হান্নবা মোসলমানগা শাক্তগনা থুগাইখিবনা লৈরমই, হাঙৈবা মিংতা মঙাইরম্লে। মতম অতুগী অনৌবাসীংনদি সম্প্রদায়—অমনি, হাঙৈবা য়ৌনা সীংথানরুদ্রবগুম্লে।

ভারতবর্ষদা ইংরেজ শাসনগী মশাদি য়ামনা লাইরিক হৈরবা বাঙ্গালীহিন্দু, পাশ্চাত্য সংস্কৃতি অমসু খৃষ্টাণধর্ম্ম অনি অসিনা মাখোইবু য়াম্না চাওখৎহল্লবা কাংবু অমা থোরকই। মাখোইনা পাশ্চাত্য সংস্কৃতিবুনা য়াম্না লৌই। অতুম্নদি ওইরগা হিন্দুগী চাওরবা বেদশাস্ত্রদগী খৃষ্টধর্ম্মগা মান্নবা অমসু মাতুদগী হেনবা ভাব অমসু বচন ময়াম খোমজিন্দুনা অতোপ্পা সমাজ অমা শেমদুনা খৃষ্টান-ধর্ম্মবু থুগাইনবা হোৎনরমই। কাংবু অসিদি ব্রাহ্ম সমাজনি। মাসিবু হৌ-দোকপদি মতিক চাওবা রাজা রামমোহন রায়নি। মহর্ষি দেবেন্দ্রনাথ ঠাকুর, ব্রহ্মানন্দ কেশবচন্দ্র সেন, মাতুম্না শিবনাথ শাস্ত্রী মাখোই অহুম অসিনা—মাখোইগা লোইনবাসীংগা লোইননা রাজা রামমোহন রায়না লিন্থৎপা ব্রাহ্ম সমাজদা ব্রাহ্ম সমাজ মখল অহুম থোকনা লিন্থৎলি, মাতুদি,—১ আদি ব্রাহ্ম সমাজ. ২ ভারতীয় ব্রাহ্ম সমাজ, ৩ সাধাচণ ব্রাহ্ম সমাজ অমুমনা লিন্থৎখি।

রাজা রামমোহন রায়—খৃষ্টাব্দ ১৭৭৪ দা হুগলি জিলাগী রাধানগর কৌবা গ্রামদ' পোকই। মাগী মুল উপাধিদি বন্দোপাধ্যায়নি। মপাগী—যাগৈনা বৈষ্ণবনি, মমাগী যাগৈনা শাক্তনি। মানা চহি মাপন সুবদা পাটনাদা চৎতুনা ফারসী অমসু আরবী ভাষা অমসু ইসলাম শাস্ত্র তমই। চহি ১২ সুবদা তম্বা লোইদুনা কাশীদা চৎতুনা সংস্কৃতভাষা, হিন্দুশাস্ত্র মাতুমনা বেদবু তম্বা হৌই। চহি ১৬ সুবদা তম্বা লোইদুনা ফারসী ভাষাদা লাইবু মূর্ত্তি—শাদুনা লাৎপা পৌত্তলিক পুজাগী বিরুদ্ধদা লাইরিক অমা লেংথোকই। ইসলাম ধর্ম্মগী একেশ্বরবাদ অমসু ব্রহ্মবাদগী প্রভাবনা মতম অতুদা চৎনরিবা হিন্দুধর্ম্মবু শেংদোক্লবা হোৎনবনা রামমোহন রায়গী জীবনদা তৌগদব ব্রত ওইখি। মানা মথোৎ কারকপদা নিংখিবা বাখল অসি মাগী বয়স য়ামখৎলক্লবদসু সুকহোং হোংখিদে। মাগী মত অসি শেমগৎপদা খৃষ্টানধর্ম্মগী মত অমত্তা য়াওদে। মাগী মত অসি লেপনবা হোৎনবা চহি নিপান সুরবদা, মশানা চহি কুম্মরি

সুখদা মানা ইংরেজী, হিব্রু, লাটিন অমসু গ্রীক ভাষা তমা হৌই। মাগী নাইরিক অমা লেংবগী ময়মদা মপানা সাওহনা মাবু তাম্লোকই। মঙ্গং অহনা মানা হিমাচল, অবাংথংবা ভারততা কোঈহনা শিখ, উদাসী, কবির পন্থীমাচিংবা ধর্ম্ম তমই। মথংদা হিমালয় বাংমদা চংহনা তিব্বততা চংপা বৌদ্ধধর্ম্ম তমলুই। মাহুদগী হয়কপদা মপানা কৌশিন্দুনা বিবাহ তৌহল্লি। মাহুদসু মাগী মত হোংদয়ে, অমোক হয়া মপানা সাওহনা তানথোকই। মাহুদা মানা কাশীদা চংহুনা মতম কুইনা লৈহনা হিন্দুগী ধর্ম্মশাস্ত্রপুম্বা তমই। মতুংদা মানা খৃষ্টান ধর্ম্মশাস্ত্র তমই। প্রোটেষ্টাণ্ট একেশ্বরবাদনা মাগী পুকনিং থরা চিংশিনখি হাঙ্গৈবা য়াই। কলিকাতাদা লিঙ্খৎপা অমসু ধর্ম্ম শেংদোকপগী থবক্তা য়ামনা চেংনা তৌহুনা মানা ইথবাইমক্তগী অহানবদা শ্রীশঙ্করাচার্যনা ইবা বাদরায়ণ ব্রহ্ম সূত্রগী ভাষ্য বাংলাদা মথংদা হিন্দীদা অমসু ইংরেজীদা অনুবাদ তৌহুনা প্রচার তৌই। বাঙ্গালা দেশদা শিক্ষিত সমাজদা বেদান্ত অমসু উপনিষৎ প্রচার তৌবা মানা অহানবনি। মহাকপু শঙ্কর মত কৌবা অদ্বৈতবাদীনি হাঙ্গৈনা প্রচার তৌই। মহাকনা সগুণ ব্রহ্মবু করি করিগুম্বদা লৌরবসু ভক্তিবাদ অমসু দ্বৈতবাদবুদি লুচিংবনি হাঙ্গৈনা য়াদে। মহাকনা বৈষ্ণবকী রস অমসু ভাব সাধনা লৌদে। মুপ্নগী বেদান্ত জ্ঞানগী পাঙ্গনা হিন্দুনা মুং, উ নাচিংবনা মূর্ত্তি সাহুনা লাংপা, অমরোমদা খৃষ্টানধর্ম্মগী প্রচার অসিতা থিংনবা হোৎ নরমই। মাসুম তৌহুনা মানা লিঙ্খৎলবা ব্রাহ্ম সমাজ অসি মতুংদা অহুম থোক্লা থাই-দোক্লমই। মাহুনা ভারততা হিন্দুধর্ম্মবু চাম্নমা মরাচেংনা হঞ্জহনবা ওমথিদে। রামমোহন রায়না মাগী ধর্ম্ম প্রচারগী দমক কলিকাতাদা লাকপা চহি য়াঙ্খোরোমগী মতুংদা নোংচুপ অমসু অবাংথংবা ভারততা স্বামী দয়ানন্দ সরস্বতীনা আর্য সমাজ স্থাপন তৌহুনা উদ্দেশ্যদি অমত্তদা অতোপ্পা উপায়না থবক পাংথোক্লবা হোৎনরমই, মাহুগী মতুংদ, চহি থরা লৈ-রগা দক্ষিণ ভারততা থিয়োসোফি মাহু হাঙ্গৈত্রগা ব্রহ্মবিদ্যাগী সহায়না উদ্দেশ্য মাহুমাগী দমক্তা ভাব অমরোমদা থরা পাংথোকখি। মাসুম তৌহুনা ভারতবর্ষবু নোংচুপকী খৃষ্ট ধর্ম্মনা আক্রমণ তৌবদগী ঙাক্লবগী দমক নোংপোক থংবা ভারততা ব্রাহ্ম সমাজ, পশ্চিম ভারততা আর্য সমাজ মাসুমনা দক্ষিণ ভারততা থিয়োসোফিষ্টসীংনা অকনবা থবক তৌ-রমই। মাসুমনা ভারতনা মশা ঙাকপা হোৎনরিঙৈ অসিদা মণিপুরদনা মিতৈসীংনা মাথোইগী ধর্ম্ম অসি গৌড়ীয়ধর্ম্মগা তিনশিন্নহুনা থমথেংনা চাওথৎখি।

**গদাধর চট্টোপাধ্যায়**—খৃষ্টাব্দ ১৮৩৬ তা ক্ষুদিরাম চট্টোপাধ্যায়গী ভার্য্যা চন্দ্রাবলীগী গর্ভদা গদাধর চট্টোপাধ্যায় পোকই। মহাককী কুলদেবতা ৺রঘুবীর উপাসনা তৌই। মহাক্কা অঙাং ওইরিঙৈদা মুপ্নগী মমালোন বাঙ্গালা ইবা, পাবতা মতমই। সংস্কৃত, ইংরেজী গুম্বা অতোপ্পা লোন অমত্তা তমদে। অঙাং ওইরিঙৈদা দেব দেবীগী মূর্ত্তি সাবা, লাই

য়েকপা হৈ। মাহাক্না সঙ্গীত, অভিনয় বিদ্যাদা পোকপদগী লোইনরকপাগুম্না য়াম্না হৈ। মানা অঙাং ওইরিঙৈদা বয়স হেন্গৎলকপগী মতুংইন্না মেধা অমসুং প্রতিভা মথং মথং থোরকই। মাহাক উবদা মী পুম্বনা ইন্দ্রক হৌখি। গদাধর অসি ভাবপ্রবণ ওইনা পোকলকই। কুণ্ডগুন থাংবা মতমদগীদি ধ্যান তৌরিঙৈদা দেব দেবীগী মহিমা তাবদা, অমসুং ঈশৈ তাবদা তন্ময় ওইবা মতৌ ওইরকই। মাহাক্না ভাব সমাধিগী অবস্থা ওইরকই। মহাকনা চহি ১৭ শুবদা ময়ামবা অহনগা লোইননা কলিকাতাদা লাকই, কলিকাতাদগী মাইল মঙা লাপপা দক্ষিণেশ্বরদা, ভাগীরথীগী মপান্দা লৈবা ভবতারিণী কালীমাতাগী পুজারী ওই। মহাক্তি অহানবদা শাক্ত সাধক ওইরমই; মানা চহি ২১ শুবদা শক্তিমন্ত্রদা দীক্ষা তৌই। মানা চহি ২৬ শুবদা খৃষ্টাব্দ ১৮৬২ দা তোঙান তোঙানবা মততা সাধনা তৌবা হৌই। মাহাকগী চহি অনিগা মমাংদা মহাকগী পকন্নিং মতুংইন্না চহি ৬তা ঙাইরিবী সারদামণি দেবীগা বিবাহ তৌই। মহাকনা অহানবদা ব্রাহ্মণী যোগেশ্বরীদগী ঠাকুরাণীবু গুরু ওইহনা তান্ত্রিক সাধনা তৌবা হৌই। চহি অনিদা তন্ত্র সাধনা পুম্বা সিদ্ধি ওই। মাহাকগী মথংদা বৈষ্ণব সাধনা তৌই। মাহাক্না জটাধারী অমদগী মন্ত্র লৌহনা—শ্রীরামচন্দ্রগী বালামূর্ত্তি রামলালাগী বাৎসল্য ভাবতা সাধনা তৌই। মাহাকগী মথংদা থা তরুক চুপনা মুপীগী ফিজেৎ সেংহনা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভুগী ফিদমদা শ্রীরাধিকাগী মধুর ভাব সাধনা তৌই। শ্রীরাধিকাগী মধুর ভাবগী সাধনাদা ভাবকী অথোইবা—ভূমিকাদা য়ৌবদা রামকৃষ্ণগী পুকনিং অদু ভাবাতীত অদ্বৈতভূমিদা চৎপদা মতিকচাবা ওইথি। ভাবতগী লানথোকপা অদ্বৈত ব্রহ্ম সাধনাতনা হিন্দুগী থমথোকবা অমদা অথোইবা সাধনানি, মাহাক্না রামকৃষ্ণদেবগী অরোইবা সাধনানি। অদুগী মথংদা মতম অদুদা—নির্বিকল্প সমাধিদা সিদ্ধ ওইরবা পরমহংস পরিব্রাজকাচার্য শ্রীমৎ তোতাপুরীনা দক্ষিণেশ্বর চৎপদা উনহনা সন্ন্যাস দীক্ষা পীহনা মহাকপু মিং "রামকৃষ্ণ" থোনললমই। মিং অসিদা ফাউখিবনি। খৃষ্টাব্দ ১৮৮৬গী আগষ্ট তাং ১৬ তা ৺রামকৃষ্ণদেব চহি ৫১ শুবদা মর্ত্যলীলা লোইখি।

**নরেন্দ্রনাথ দত্ত**—রামকৃষ্ণদেবগী চহি ২৭ শুবদা খৃষ্টাব্দ ১৮৬৩ গী ১২ জানুয়ারী থাদা কলিকাতাগী অচৌবা য়ুমদা পোকই। অঙাং ওইরিঙৈদগীনা মমা ভুবনেশ্বরীনা বীর চরিত্র তম্বিরকই। অঙাং ওইরিঙৈদগীনা প্রতিভা, অমসুং তর্কশক্তি লৈবা ফোংবা হৌখি। অঙাং ওইরিঙৈদা সঙ্গীত, বাদ্য, নিদ্দোষ রঙ্গ পরিহাস, অরোমদনা মেধাবাগ্মিতা, নির্ভীক বীর্যশক্তি, গুণশিং অসি মাহাক্না ফোংদোকখি। মানা মথোংবারকপা মতমদা, মতম অদুগী চৎনবীগী মতুংইন্না পাশ্চাত্য দর্শনগী প্রভাবনা সংশয়বাদ অমসুং নিরীশ্বরবাদদা মাগী পুকনিংদা চিংনহনা লৈ। অদুদগী মহাক অহানবদা ব্রাহ্মসমাজদা চংই। মাগী চিংনবা অদু কোক্তরে। মথংদা মহাক রামকৃষ্ণ পরমহংসদেবগী চরণদা চংই।

মানা রামকৃষ্ণদেবদা হংই,—"মহাশয়! নহাকপু ঈশ্বর উরবরা?" রামকৃষ্ণদেবনা মাহু তাবদা য়ামনা হংশিনা চান্না খুমই,—"হোয়, বৎস! ঐ ঈশ্বরবু উরে, নংবু ঐনা উরিবা অসিদগী হেন্না শেংনা ঐ ঈশ্বরবু উই। নংসু উনিংবরা? অদু ওইরবদি ঐনা হাঙ্গবা মথৌ তৌ, নংসু উবা ফংগনি।"

নরেন্দ্রনাথনা চহি ১৭ শুবা—১৮৮০ খৃষ্টাব্দদগী হৌদুনা রামকৃষ্ণদেবগী নাক্তা চৎপা হৌই। মহাকনা বি, এ, পরীক্ষা পীবা লোইরবা মতুং থরা লৈরগা মপা লৈতরে। বি, এল, পরীক্ষা পীগদবগী দমক ফিস পীথরবদা ইথং খংতৌদনা মাগী পুক্নিংদা বৈরাগ্য পোকখি। মতম অদুদা মখোংনা কাশীপুর তান্না চংতুনা শ্রীরামকৃষ্ণদেবগী চরণদা—চংখবে। মানা তাইবংপানবগী অপাম্বা, হুশিবা পুন্নমক থাদোকতুনা গুরুগী চরণথাদা সাধন তৌবা হৌখি। মহাককী অচেৎপা নিষ্ঠাগা লোইননা তপস্যা তৌদুনা মানা পাম্বা মরৈ অদু ফংদনা ফংলে। নোংমগী হুশিবা শ্রীরামকৃষ্ণদেবনা তংথাই অমা—মপানগী অবস্থাদা চংদুনা হাঙ্গিরকই,—"জীবদা দয়া? জীবদা দয়া? দূর শালা! নং শুম্বনা জীবদা দয়া তৌবা উম্বরা? দয়া তৌগদবা নংবু কনানো? নত্তে, মত্তে—জীবদা দয়া তৌ দবা নত্তে। জীববু শিবনি খনদুনা, জীববু সেবা তৌগদবনি।" নরেন্দ্র নাথ গুরুগী ৱা অদুগী অচুকপা মখাদ অদু ফংলদুনা মাগী বন্ধুসিংদা ব্যাখ্যা তৌখি। নরেন্দ্রনাথ চহি ২৩ শুবদা বিবেকানন্দ স্বামী ওইথরে। খৃষ্টাব্দ ১৮৮৬ তা মহাককী শক্তি পুম্বা মচিকচাবা শিষ্যদা পীরম্লগা আধ্যাত্মিক সাবতা বিবেকানন্দগা অমত্তা ওইনা তিনশিন্নরমদুনা শ্রীরামকৃষ্ণদেবনা নংরদেহ থাদোকখি।

খৃষ্টাব্দ ১৮৯৩ গী সেপ্টেম্বর থা ১১ অসি ভারতীয় সংস্কৃতিক ইতিহাসদা কাওবা য়াদবা হুমিং অমনি। বিবেকানন্দনা মহাক্কী মাদ্রাজী শিষ্যসিং অমসু রাজন্যবর্গগী—উৎসাহদগী অমসু মহাক্কী গভীর প্রেরণাগা প্রশান্ত মহাসাগর লান্দুনা আমেরিকাগী চিকাগো ধর্ম্ম মহাসভাদা থুংলুই। অদুগা হাঙ্গিথরবা তারিখ অদুদা মকোক্তা গৈরিক-রঞ্জিত উষ্ণিষ, হকচাংদা গৈরিক-রঞ্জিত-আলখাল্লা. মাইথোংদা ব্রহ্মবিদ্যানা নিংথিবা পাক সাংলবা মীং, প্রজ্ঞানা ঙানলবা মীংএংদা এংদুনা, মহাসভা ময়াইদা পুন্নমক্তগী বয়সদা মানা নৌবা, সন্যাসগী মখোড়ীদা ফুগাইনা কাম্লবা মোইবুংগী নুরবা খোঞ্জেনগুম, জীব পুম্বাবু মুংশিবা খোঞ্জেন্না শক পান্দুনা থোরকপা বেদান্তজ্ঞানগুম আমেরিকাবাসী নিপা নুপী পুম্বাবু "সিস্টর-স্‌ এণ্ড ব্রাদর্স্‌" হাঙ্গিনা কৌদুনা কৌদুনা মাথোইগী না-কোংদা চংহনখিবা সর্ব্বধর্ম্ম সমন্বয় তৌবা বেদান্তজ্ঞাননা আমেরিকাবাসী পুম্বগী থমোইবু জয় তৌখি। মাদুগা মতুংদা মুমিং অদদা বিবেকানন্দনা রামকৃষ্ণদেবগী সর্ব্বধর্ম্ম সমন্বয় বাণীনা পুন্দুনা থম্মদগী থাদোক্লবা মহাশক্তিগী খোল্লাউদা, অকিবা মরিক অমত্তা য়াওদবা

কুপ্নগী প্রেমস্তনা থল্লবা মাইহেনা যোবনা তৌথি। হুমিৎ অদুদগী হৌদুনা আমেরিকা-বাসী পুম্বনা লখোইবা স্বামী বিবেকানন্দবু মাখোইগী গুরু বরিথি।

বিশ্ববিজয় তৌবদা বেদান্তগী মাসিনা অহানবা যাত্রানি। মাসিনা পাশ্চাত্যদেশতা বেদান্তজ্ঞানগী অহানবা উদ্বোধননি। প্রাচ্য অমসু পাশ্চাত্যদেশ অনিমক্কী মঙ্গল ওইনবদা কান্নখোইবা ওইথি। খৃষ্টীয় ধর্ম্মযাজকসীংগী আমেরিকাদা তৌথিবা মহাসভা অসিদি—খৃষ্টানধর্ম্মবু বিশ্ব জগৎকী মফুংদা অখোইবা ধর্ম্মনি হায়না প্রমাণ তৌনবগী দমক্তনি। মাছুম্বু অসিগুম্বা লখোইবা অখোইবা অসিনা থুদেকথি। খৃষ্টীয় ধর্ম্মযাজকসীংগী অভিমান, গর্ব্ব, অহঙ্কার পুম্নমক লখোইবা নহা অসিনা থুদেকথি। মহাককী মমাংদা—খৃষ্টীয় ধর্ম্মযাজক পুম্নমক অহ মণিমন্ত্র ঔষধিনা সুক্কৎলবা লীনগুম মকোক হাইগৎপা গুমথিদে। নোংপোক লৈপাক ভারততা খৃষ্টান মিশনারীসীংনা অমসু ব্রাহ্মধর্ম্ম প্রচারকসীংনা য়ামনা নিন্দা তৌখরবা হিন্দুধর্ম্ম অসিনা পুকনিংদা চিংনবা লৈত্তনা নাপনতৌনা অমোক হাইগৎতুনা ধর্ম্ম পুম্বাবু জয় তৌথি।

ঐখোইনা মথক্তসু হাঙ্গথরে,—ভারতীয় ধর্ম্ম মাহু হাঙ্গদ্রগা ভাগবত ধর্ম্মগা মিতৈগী ধর্ম্মগা মশা অমত্তনি। মাহুদা ভারতীয় সংস্কৃতিক ইতিহাসতা মিতৈগী সংস্কৃতিক ইতিহাস কা তুলনা মূলক সমালোচনা তৌবদগী মথক্তসু উথরে, মাসিদসু অমোক্ত উরে—ভারততা ভাগবত ধর্ম্মনা চাওথৎলগা মণিপুরদা হন্নবা হৌই। খৃষ্টাব্দ ১৮৯১ দা ইংরেজনা অন্যায় তৌদুনা মণিপুরদা অহিংদা টীকেন্দ্রজিৎ যুবরাজবু মন্নমদা লোম্না আক্রমণ তৌই। মাহুদা কুইন্টন চিফ কমিশনার হাৎলি। মাতদগী বৃটিশনা চেনখরগা অমোকহন্না মণিপুর আক্রমণ তৌদুনা মণিপুরগী বীরপুরুষ ময়ামনা থোংজোমদা বীরগতি ফংথরবদা বৃটিশনা মণিপুর লৌই। টীকেন্দ্রজিৎ অমসু থাঙ্গাল মেজরনাচিংববু ফাঁসি তৌদুনা হাৎথি। কুলচন্দ্র মহারাজনাচিংবাবু আন্দামানদা দ্বীপান্তর তৌই। মণিপুরদা চূড়াচান্দবু নিংথৌ হাপই।

মাসুম তৌদুনা মণিপুরদা খৃষ্টাব্দ ১৮৯২ ফাউবা হুমিৎচুপ্পা বিপ্লবতা ওইনা লেনথি। খৃষ্টাব্দ ১৮৯৩ দা চিকাগোদা স্বামী বিবেকানন্দনা সর্ব্বধর্ম্ম সমন্বয় তৌদুনা বিজয় বৈজয়ন্তী থাজংথিবা কুম অদুদা মণিপুরগী ধর্ম্মসভা—ব্রাহ্মণ সভাদা অরি অনৌ কৌবা ব্রাহ্মণগী আন্দোলন এমা হৌরকতুনা মণিপুর প্রজা পুম্বগী অম্বাবা হৌথি। মাহুগী মতুংইননা মণিপুরদা মিতৈগী ধর্ম্মগা মথং মথং হনথবা হৌরকই। অনিশুবা মহাযুদ্ধদা মণিপুরদা লানকম ওইথিবা, মাহুগী মথংদা বৃটিশনা ভারত থাদোকতুনা চৎথিবা, মথংদা মণিপুরবু ভারততা তিনশিন্দুনা হুজিক্কা ওইরিবা ভাগ্যচন্দ্রদগী হৌদুনা হেনগৎলকপা ধর্ম্মনা মওং মতা অমা ওইদুনা লৈরি। মাসিগী চাওথৎলি, হনথৈ, হাঙ্গবদি ভবিষ্যৎনা সাক্ষী—ওইরগনি।

ঐখোইনা ইংরেজনা ভারত লৌবদগীনা অমোক ভারত থাদোকতুনা চৎপা কাউ-বদা ভারতকী ধর্ম্মগা মণিপুরগী ধর্ম্মগা অনিগী চাংদম্নতুনা এংবদগী থংলে, মাহুদি,—ভারতনা ধর্ম্ম হনথবা মতমদা মণিপুরদনা চাওথংলি। মাদুম তৌদুনা মণিপুরদা ধর্ম্ম হনথবা মতমদা ভারততনা চাওথংলি। অহনবি মথেক্লা তাবে, মাহুদি,— মণিপুরগা ভারতকা অনিগী মরক্তা থাদোক্লবা যাদবা মড়ী লৈনৈ।

প্রলয়গী সমুদ্রগী ঈনুংবুংদা মণিপুরগা লোইননা ভারত পুম্বনা লৈরম্বদগী ঈসিং—কংথরকতুনা ইহান হানবদা মণিপুরনা সমুদ্রগী ঈমাইদগী থিঙ্গংথি, মরম অসিনা বেদনা মণিপুরবু "প্রত্নৌকস্" কৌই।—

অমু প্রত্নস্থৌকসো হুবে তুবি প্রতিনরম্।

যং তে পূর্ব্বং পিতা হুবে॥ (ঋগ্বেদ: ১।৬ ৯)

মুমিৎকী অহানবা থোক্লফম মুমদগী (মুমফালদগী) মাবু কৌবা যজমান পুম্নমক্কী মনাক্তা চৎপা ইন্দ্রবু ঐনা মহৌশা তৌনরকপগী মতুংইন্না কৌরি। ঐখোইবু পোক-পনা মপৌ তৌবদা ইন্দ্র মাবু কৌরমই।

মুমিৎকী অহানবা থোক্লফম মুম অহানবা অসিবু লোকতা পুরাণনাচিংবদা সুর্যো-দয় গিরি৹ মাহু হাঙ্গীদ্রগা "উদয় পর্ব্বত" কৌই। চীঙ অসিবু ঋষি বাল্মীকিনা রামায়ণদা উত্তর অক্ষাংশ অমসুং পূর্ব্ব দ্রাঘিমা পুথোকতুনা মাগী মফম তাকই,— "ততঃ পরং শ্রী-মাহুদয় পর্ব্বতঃ" অসি হাঙ্গীরগা তাকই, মাহুদি,—

উত্তরেণ পরিক্রম্য জম্বুদ্বীপং দিবাকরঃ।

দৃশ্যো ভবতি ভূয়িষ্ঠংশিখরং তন্মহোচ্ছ্রয়ম্॥

(রামায়ণ কিষ্কিন্ধ্যা কাণ্ডম্)

অর্থদি— মুমিৎনা জম্বুদ্বীপপু কোইরকপদা মুমিৎকী অহানবা থোকফম উদয়-চীংদোন অবাংথদা উত্তরায়ণ হৌদুনা থোকপা উই।

মাসিনা তাকলে,—মুমিৎকী অহানবা থোকফম উদয় পর্ব্বত অসি ভারতকী কর্কট ক্রান্তিদা লৈ, হাঙ্গীবনি। মাসুম হাঙ্গীরগা রামায়ণনা উদয় চীঙবু ভারতবর্ষদা নোংপোক্কী লমথৈদা লৈ, হাঙ্গীনা তাকই, মাহুদি, --

অয়ং সুদর্শনো দ্বীপং পুরো যস্য প্রকাশতে।

(রামায়ণ কিষ্কিন্ধ্যা কাণ্ডম্)

অর্থদি— সুদর্শন দ্বীপ মাহু হাঙ্গীদ্রগা জম্বুদ্বীপ কৌবা ভারতবর্ষ অসিগী নোংপোক থংবা সীমাদা উদয়চীঙ লৈ।

অদুনদি ময়েকনা তারে,—কর্কট ক্রান্তিগী মথাদা লৈবা ভারতকী নোংপোক থংবা চীঙবু মুমিৎকী অহানবা থোকফম উদয় চীঙ কৌই হাঙ্গীরবদি মণিপুর নত্তবা অমা—তাইবংপানবদা লৈতে। মহাকপু মণিপুর কৌবদি পৃথিবী মাতাগী মানা থেঙ্গীদোগী মশকনি হাঙ্গীদুনা খ্বগেদনা মাবু পৃথিবী নাভি কৌই। মাদুগী অর্থ লৌদুনা লম অসিদা তন্ত্রশাস্ত্রনা হাঙ্গীবা থোঙ্গীদোগী মমুংদা লৈবা থকথিবা ঈসিংগী তুংনফম মণিপুর কৌবা ( Abdominal plexus ) চক্রগী খুদম লৈ, হাঙ্গীদুনা বেদব্যাসনা খুদমগী মতুং ইননা মহাভারততা "মণিপুর" কৌবা মমিং থোল্লমই। অদুগা অর্জ্জুননা তীর্থ চৎপদা হিমা-লয়গী মনাক্তা চীঙ্গাংদা লৈবা হিরণ্যবিন্দু তীর্থদগীনা মণিপুর লৈপাক তান্না চৎপগী লম্বেল তাকনা মুমিৎকী অহানবা থোকফম মণিপুরগী মফম তাক্লমই, মাদুদি হিরণ্যবিন্দু দগী মথাপাংনা কানপুররোমদা লাকতুনা মথং মথং গয়া, বঙ্গালনাচিংবদা লাকতুনা—কলিঙ্গদা, কলিঙ্গ হন্দোক্লমতুনা সমুদ্র মপান্দা নোংপোক পাংনা লাকতুনা মণিপুর য়ৌই, হাঙ্গীনা তাকই। অমোকসু ব্যাসদেবনা অশ্বমেধীয় পর্ব্বদা অর্জ্জুননা সগোল মতুং ইন্দুনা মণিপুরদগী হস্তিনা তান্না লাকপদা পাটনাদা জরাসন্ধগী কোঙ্গুংদা চংই: হাঙ্গীদুনা মাসুপ কুপনা মণিপুরবু থংনবা ব্যাসদেবনা তাকই।

মহাভারততা ভগবদ্‌যান সন্ধিপর্ব্বদা, অধ্যায় ১০৮ দা অমোকহন্না মণিপুরবু হাঙ্গী, মাদুদি,—

যস্মামুদয়তে পূর্ব্বং সর্ব্বলোক প্রভাবনঃ।
সবিতা যত্র সন্ধ্যায়াং সাধ্যানাং বর্ততে তপঃ॥
যস্যাং পূর্ব্বংমতির্যাতা যয়াব্যাপ্তমিদং জগৎ।
চক্ষুষী যত্র ধর্ম্মস্য যন্ত্রৈব সুপ্রতিষ্ঠিতঃ॥
হুতং যত্র মখে হব্যং সর্পতে সর্ব্বতোদিশম্।
এতদ্দ্বারং দ্বিজশ্রেষ্ঠ দিবসস্য তথাধ্বনঃ॥
অত্র পূর্ব্বং প্রসূতা বৈ দাক্ষায়ণ্যঃ প্রজাঃ স্ত্রিয়ঃ।
অস্যাং দিশি প্রবৃদ্ধাশ্চ কশ্যপস্যাত্মসম্ভবাঃ॥
অতোমূলং সুরাণাং শ্রীর্যত্র শক্রোঽভিষিচ্যতে।
সুররাজ্যেন বিপ্রর্ষে দেবৈশ্চাত্র বিপশ্চিতম্॥
এতস্মাৎ কারণাদব্রহ্মন্ পূর্ব্বাত্যেযাদিগুচ্যতে।
যস্মাৎ পূর্ব্বতরেকালে পূর্ব্বমেবাবৃতাঃ সুরৈঃ॥

অতএবচ পূর্ব্বেষাং পূর্ব্বমাসাং প্রচক্ষ্যতে।
পূর্ব্বে সর্ব্বাণি কার্যাণি দেবানাং সুখমীপ্সতা॥
তত্র বেদান্ জগৌ পূর্ব্বং ভগবান্ লোকভাবনঃ।
অত্রৈবোক্তা সবিত্রাসীৎ সাবিত্রী ব্রহ্মবাদিষু॥
তত্র দত্তানি সূর্যেণ যজুংসি দ্বিজসত্তম।
অত্র লব্ধবরঃ সোমঃ সুরৈঃ ক্রতুষু পীয়তে॥
অত্র তুষ্টা হুতভুক্ স্বাংযোনিমুপভুঞ্জতে।
অত্র পাতালমাশ্রিত্য বরুণঃ শ্রিয়মাপ চ॥
অত্র পূর্ব্বং বশিষ্ঠস্য পৌরাণস্য দ্বিজর্ষভ।
সূতিশ্চৈব প্রতিষ্ঠাচ নিধনঞ্চ প্রকাশতে॥
ওঙ্কারস্যাত্র গীয়ন্তে সৃতয়োর্দশতির্দশ।
পিবন্তি মুনয়ো যত্র হবির্ধূমঞ্চ ধূম্রপাঃ॥
প্রোক্ষিতা যত্র বহবো বরাহাদ্যা স্ত্রিয়ো বনে।
শক্রেণ যজ্ঞভাগার্থে দৈবতেষু প্রকল্পিতাঃ॥
অত্রাহিতাঃ কৃতঘ্নাশ্চ মনুষ্যাশ্চাসুরাশ্চ যে।
উদয়ংস্তান্ সর্ব্বান্ ক্রোধাদ্ধন্তি বিভাবসুঃ॥
এতদ্দ্বারং দ্বিজশ্রেষ্ঠ স্বর্গস্য চ সুখস্য চ।
এষ পূর্ব্বোদিশাং ভাগো বিশাবোত্র যদীচ্ছসি॥

—মণিপুর কৌবা লৈপাকনা লৈবা নোংপোক কৌবা মাইকৈ অসিদা থব্রাই পানবা পুম্নবু পোকহনবা মুমিৎনা ইথব্রাই পুম্বমক্তগী ইহান হান্না থোকখি। মফম অসিদা সন্ধ্যা অহু.দা সাধ্য কৌবা লাইসাংনা নুতিগী তপ তৌতুনা লৈ। স্তান—খংবা হাঙ্গৈবা অসিনা মফম অসিদা হান্না পোকলগা কোননা তাইবংদা শিনথুংনা চংদুনা লৈখিবনি। মফম অসিদ ধর্ম্মগী মীৎ অনিনা মতম পুম্বদা থোকতুনা ভানলি। মফম অসিদা ইথব্রাইমক্তগী ইহান হাননা যজ্ঞ তৌই, কোন্না মাইকৈ অতৈদা চৎখি। হে ব্রাহ্মণ মচা গালব! মফম অসিদা নোংমাগী অমসু যোগীনা শিন্নগা চংপগী থোং লৈ, মফম অসিদা দক্ষগী মচা

সুপী রাকা অমসু অনুমতিমাচিংবীনা পোকখি। কশ্যপকী মচা দেবগণসু—মফম অসিদা পোকখি, অতুগা চাওখি। মরম অসিদগী মফম অসিদি লাই পুম্বগী পোকফম্নি। ইন্দ্রনা মফম অসিদা পোকই, চাওই, অমসু নিংথৌ ওই, মাতুগী অভিষেক্সু মফম অসিদা তৌই। হে ব্রাহ্মণমচা অথোইবা! মফম অসিদা লাই পুম্বনা তপ তৌষনা লৈ। মরম অসিদগী মফল অসিবু অহানবা কৌই। মরম অসিদগী থাইনদ মফম অসিদা লাই ভাক্তা লৈরমই। মরম অসিনা কুইরবা পুম্বগী অহানবা কৌই। অফবা য়াইফবা পাম্বনা অফবা থবক তৌবদা মাইকৈ অসোমদা ওনলি। মফম অসিদা তাইবংপোকপা ব্রহ্মানা বেদ মরিবু মচিন মরিনা ছকখি, এচা বেদবাদী ঋষিসীংদা গায়ত্রী তমবিখি। মফম অসিদা সুমিৎ কৌবা লাইনা যাজ্ঞবল্ক্যদা শুক্লযজুর্বেদ পীখি। যজ্ঞদা লাইসীংনা সোম থকখি। মফম অসিদা মৈনা যজ্ঞদা হব্য চামন্দুনা ঈসিং থকখি। মফম অসদা বরুণনা লৈন্নুংদা মাগী সম্পত্তি ফংদুনা লৈ। মফম—অসিদা পুরাণঋষি বশিষ্ঠনা মাগী হকচাং থাদোকখি, মাংদবা হকচাংসু ফংখি, মফম অসিদা বেদনা মাগী শাখা লীসিং চামা থোক্না খাইখি, হোমগী মৈথু-চাবা মুনিসীংনা হব্য ময়াম চাখি। মফম অসদা লাইসীংনা যজ্ঞ তৌনবা—ইন্দ্রনা অশেংবা লমওক, শক্তি মখল মখা ময়াম লৈহনখি। মফম অসিদা ভুক্তিমুক্তি তৌবিমন খংদবা মীহিংচাবা ময়াম লৈরে। মাখোই অদুবু সুমিৎ কৌবা লাইনা সুতিগী থোকতুনা সাওদুনা হাত্তোকই। হে ব্রাহ্মণমচা অথোইবা! নহাক্না পাম্নবদি মাসোমদা ঐখোই অনি চৎসি।"

মহাভারততা মণিপুরবু হাঙৈরিবা অসি মখাদা লৌখৎলিবা ঋগ্‌মন্ত্রসীং—অসিনাচিংবদগী লৌদুনা হাঙৈবনি,—

জোহুত্রো অগ্নিঃ প্রথমঃ পিতেব বেলেস্পদে মানুষা যৎ সমৃদ্ধঃ।
শ্রিয়ম্বসানো অমৃতো বিচেতামর্মৃজেণ্যঃ স্রবস্য সবাজী॥

( ঋগ্‌বেদঃ ২।১।১০।১ )

স তু বস্ত্রাণ্যধপেশনানি, বসানো অগ্নির্নাভা পৃথিব্যাঃ।
অরুষো জাতঃ পদঃ ইলায়াঃ পুরোহিতো রাজন্ যক্ষীহ দেবান্॥

[ ঋগবেদঃ ১০।১২।১৯ ]

দৈব্যাহোতারা প্রথমা বিদুষ্টরা ঋজুযক্ষতঃ সমৃচাবপুষ্টরা।

দেবান্ যজন্তা ব্রতুথা সমঞ্জতো নাভা পৃথিব্যা অধিসানুষু ত্রিষু ॥
(ঋগ্বেদঃ ১।৩।৭)

নিত্বাদধে বরআ পৃথিব্যা ইলায়াস্পদে সুদিনত্বে অহ্নাম্।
দৃষদ্বত্যাং মানুষ আপয়ায়াং সরস্বত্যাং রেবদগ্নে দিদীহি ॥
(ঋগ্বেদঃ ৩।২৩।২৪)

—*—

## মিতৈ লৈপাকনা ভারতবর্ষগী অহানবা লৈপাকনি।

ঐখোইনা বেদ, শাস্ত্রনা প্রমাণ তৌদুনা মিতৈ লৈপাকনা ভারতবর্ষপুম্বগী অহানবা লৈপাকনি, অসুম্না উৎখরে। মাদুগা লোইননা ধর্ম্ম পুম্নমকসু মণিপুরদা হান্না থোক্লগা অতৈদা কোন্না শন্দোকথিবনি, হাঙৈববুসু বেদনাচিংবা শাস্ত্রগী প্রমাণনা উৎখরে। মাদুনা মরম ওইদুনা খংলে, মাদুদি,— মিতৈসীংনা মীরৈপাক্কগী ধর্ম্ম অমত্তা লৌদে, মাখোইগী হান্না চৎলকপা ধর্ম্ম থাদোকপা লৈত্তে। মরম অদুনা মিতৈনা গৌড়ীয় ধর্ম্ম চৎপা অসি নৌনা গৌড়ীয়ধর্ম্ম—চৎপা নত্তে, হান্নগী মাখোইগী ধর্ম্মদা শসিংতা হোংদোকপতনি। বাফম অসি তুলনামূলক সমালোচনা তৌদুনা বৈজ্ঞানিক ভিত্তিদা পুথোকখরে। মাঙ্গম তৌদুনা পুথোকখরিবা পুন্নমক অদু বেদনাচিংবা শাস্ত্রগী প্রমাণ, বচনতনা—পুথোকপনি। অদুনা মাখোই অদুবু হুজিক্কি অমোকহন্না পোৎশকনা মরম ওইদুনা প্রমাণ তৌনবা হোৎনরি।

কুইদরি,—হুজিক্কগী চহি তরা অসিগী মনুংদা অব্রাংথংবা চীঅাংদা লম্বেন শেম্বদা হুজিক্কগী চহি লীসিং কয়ামুক্কী মমাংদা সমুদ্রগী ঈনুংবুংদা লৈরম্বা ভা জাৎ অমনা মুত্ত ওন্দুনা চীঅাংদা লৈরম্বা অদুনা তাইবংপানবা পুম্বদা মণিপূরনা পুম্নমক্কগী পুমহেন হেন্না কুইরবা লমনি, হাঙৈবগী মচিন থোকপা সাক্ষী পীখরে।

তাইবংপানবদা লাইরিক হাঙৈদুনা লৈরিবা পুম্বদগী বেদনা অহানবনি; বেদগী মনুংদা ঋগ্বেদনা অহানবনি, বাফম অসি পৃথিবীগী পণ্ডিত পুম্বনা চপ্ মান্ননা য়ামত্রবসু অয়াম্বনাদি য়ানরে। তৌইগুম্বসু ঋগ্বেদগী উত্তরায়ণ পরিস্থিতি

দগী ইউরোপীয়ান পণ্ডিতসীংনা ঋগ্বেদগী মতমনি হাঙ্গদুনা পুথোকপা অতুদগী মিতৈগী সাহিত্যনা হানলি। মাহুগী মৎপা য়াদবা পোত্তি— মণিপূর অসিগী নোংপোক্তা লৈবা তেন-থা কৌবা চীঙ অসিনি।

তেন-থা হাঙ্গবদি সূর্যবেধ তৌফম হাঙ্গবনি। পাইনা কুইরবা মতমদা মণিপূরদা তেন-থা চীঙদা সূর্যগী উত্তরায়ণ পরিস্থিতি নুমিত্তা তেননা থিন্দুনা হাঙ্গবদি সূর্যবেধ তৌদুনা এংনবমই। মরম অসিনা চীঙ অসিবু তেন-থা কৌই। ব্রাফম অসি মিতৈগী "নুমিৎ কাপপা" কৌবা লাইরিকনা পৌরাণিক কথা (Mythology) ওইনা লেপোকই (১)। মতুদা হাঙ্গ,—নুমিত্তা তেন কাপ্পদা নুমিৎকী সগোল্ল শিজনা মরিং খুজা তাই, অঙাংসা নুমিৎনা থত্রাই নুংজেংবা পীবাগী তেন থারবদা কিরদুনা ঙৈগাক মরাল তেকক্তে, লৈবাই মঙাদা অচৌবা খুনথীরক্তা মপা পাথংবা সনামহীগী মনাক্তা লোৎলবদা মিতৈ লৈপাকতা— নুংথিনহু মগলে, অসিনাচিংবনি।

নুমিৎ কাপপগী ব্রাফম অসিদগী খংবা ঙমে,— নুমিৎনা উত্তরায়ণদা অব্রাংলোমদা কারকপা মতমদা মফম অদু থৌরগা অমোক মথারোমদা হনববু পৌরাণিক কথা ওইনা লেবনি। হুজিক্তি কর্কক্রান্তিবৃত্তদি মোইরাংগী মথাদা লৈরে। নুমিৎ কাপপা লাইরিকনা হাঙ্গরিবা মতম অতুদদি কর্কক্রান্তিনা— মরিং খুলদা লৈরমই, হাঙ্গবনি। ক্রান্তিবৃত্তদি চহি অমদা হুজিক্তি সেকেণ্ড মখাই অমমম চপসিনলি। মাদুগী হিসাবতা পারবদি নুমিৎকাপপা লাইরিক্তা হাঙ্গরিবা ব্রাফম অসিদি হুজিক্তুগী চহি লীসিং নিপাল্লোম হৌথরবা মতমগী ব্রানি।

ঐখোইনা মাসিদগী চিংনবা লৈতনা হাঙ্গবা ঙমই, মাদুদি,— ইউরোপীয়ানসীংগী মতত্তা বেদগী উত্তরায়ণ পরিস্থিতিনা পুথোকপা মতমদগীদি— নুমিৎ কাপপনা হানলি। কাসিবু ব্রাফম অমনা অমোক প্রমাণ তৌবা য়াই। মাহুদি, মহেঞ্জোদরোগী লৈমুংদা লৈরম্বা পোৎসীং অসি বৈদিককালগী মমাংগীনি, হাঙ্গনা তাইবংপানবগী পণ্ডিত পুম্নমকনা য়ানরে। মিতৈগী ফনেক মপানদা

(১) নুমিৎ কাপপা লাইরিক অসি T, C. Hodson না মাগী "মেইথিজ" কৌবা লাইরিক্তা মিতৈলোন অনৌবনে, ইংলিশনে লোন অনিদা হন্দোকতুনা— ফোংই। পাঠকসীংনা "নুমিৎ কাপপা" কৌবা মিতৈগী লাইরিক পাবিয়ু।

লোমবা থম্বাল পুরেং অসিদি মহেঞ্জোদরোগী ময়েকনি, মাতুদা হাপপা খোঙ্গদি কোন্না মিতৈনা হাপচিনখনি, হাঙ্গৈতুনা কুম্বাবনা হাঙ্গ।

ঐখোইনা লাইরিক তম্বা হৌরকপা মতমদা মরি অঙ্ক (৪) মানবা অমা ইরগা মাতুবু সরস্বতীনি, হাঙ্গৈতুনা খুরুম্মরকই। ময়েক অতুদি প্রাচীনদেশ—পুন্নমক্তা চৎনবা পূর্ব্ববৈদিককী মহেঞ্জোদরদা ফংবা ময়েকনি। ঐখোইনা হৃজিক উরিবা মিতে ময়েক অসি থাইনগী এনহৌডৈগী ময়েক্কগী মশক য়াম্না হোংলম্লগনি, মাতুগী মরমদা চিংনবা লৈতে। শ্রীযুক্ত অবুংনা কবুই, সাং—খব্রাইরম্বন্দ, পাওনা বাজার, না ওইনাম-লোংগী লোকখাদগী ফংবা—মুংদা হকপা ময়েক্তা মহেঞ্জোদরগী অক্ষর য়াওবা অসি পূর্ব্ববৈদিকযুগকী ময়েক্নি। মাসিনা চিংবাপুন্নমক অসিনস্থ ইরাই লাইনা মিতৈবু পূর্ব্ববৈদিক যুগতগীনা হান্নমা উচ্চ সভ্যতা ফংতুনা লৈরবা জাতিনি, হাঙ্গৈবদা করি অমত্তা চিংননবা মরম লৈতে।

—†—

"প্রহ্লাদ নারদাদিভিরুপ্তবীজঃ,
বাল্মিকী ভীষ্ম বিদুরপ্রমুখৈশ্চ সিক্তঃ।
জ্ঞানেশ নাথ তু কামামৃত রায়মুখ্যৈঃ,
সংবর্দ্ধিতো জয়তি কীর্ত্তন-বৃক্ষঃ ।।"

* * * * * *

নামামৃতেন রসনামসকৃৎ পুনাতি,
শ্রোতং চ রঞ্জয়তি গায়ন বাদনাভ্যাং।
প্রীণাতি বোধবচনৈশ্চ মনো নিতান্তং,
সঙ্কীর্ত্তনং সুখকরং সকলেন্দ্রিয়াণাং ।।

যজ্ঞক্রিয়াঃ শ্রুতিগতা বিবিধাশ্চ মন্ত্রাঃ,
সাধারণা ন সকলস্য জনস্য জাতু।
স্ত্রী বাল শূদ্র পতিতৈরপি কীর্ত্ত্যমানং,
নামপ্রভোস্তু সুলভঞ্চ শুভাবহং চ।।

(মহারাষ্ট্রীয়-কবি মুকুন্দ রায়)

ওঁ তৎ সৎ ওঁ।



# সঙ্কীর্তন মহাযজ্ঞঃ।

—*—

## মণিপূর ১১৬৫ অহানবা কালেন থা অমা চুপ্না
অমুক্তা অমোক, অহিংদা অমোক নাম সংকীর্তন অমসু নৃত্য তোত্থনা
## উপাসনা তোবা ঃ—

১। শ্রীঅখাম তোম্বা ওঝা।
২। " কুমারী দেবী।
৩। " লৈরেনস্না রাজকুমারী দেবী
৪। " চান্দনীস্না "
৫। " কামিনী দেবী।
৬। " ভাণীস্না রাজকুমারী দেবী।
৭। " গম্ভিণী দেবী।
৮। " গুণীস্না দেবী।
৯। " পুখ্রম্বম মেরাস্না দেবী।
১০। " অঙোম শীজমচা দেবী।
১১। " মাইপাকপী দেবী।
১২। " থম্বাল-অঙৌবী দেবী।
১৩। " চান্দনী দেবী।
১৪। " ইবেময়াইমা দেবী।
১৫। " মণিলৈমা দেবী।
১৬। " হৈক্রুজম শীজ দেবী।
১৭। " ক্ষেত্রিময়ুম লৈরেন দেবী।
১৮। " হৈক্রুজম অমুবী দেবী।
১৯। " থোংবম অমুস্না দেবী রাঃকুঃ
২০। " হাউদিজম ইবেমহল দেবী।
২১। শ্রীথিঙ্গোম-ওংবী ইবেমচাওবী দেবী
২২। " মুতুম কালাবাবু ওঝা।
২৩। " ইবেতোন দেবী।
২৪। " হাউবম রজনী দেবী।
২৫। " মুতুম তোম্বী দেবী।
২৬। " " ললিতা দেবী।
২৭। " বামোন ইবেমহল দেবী।
২৮। " নিংথেমচা-ময়ুম অতোনশীজ দেবী
২৯। " শীজ মাএংবী।
৩০। " অরাম্বম যামিনী দেবী।
৩১। " " ইবেমহল দেবী।
৩২। " মাইস্নাম রমণী দেবী।
৩৩। " " ইবেতোম্বী দেবী।
৩৪। " অকোইজম ইরাবতী দেবী।
৩৫। " ক্ষেত্রিময়ুম ইবেমনি দেবী।
৩৬। " লালকাহ্নাইগী মচানুপী।
৩৭। " সলাম চাওবী দেবী।
৩৮। " লৌরেম্বম তোম্বী দেবী।
৩৯। " " ইবেমনি দেবী।
৪০। " বামোন মঞ্জুরী দেবী।
৪১। শ্রীময়োনস্না দেবী।

—†—